Regd. No. RN 34203/79 New Delhi | Kangleikhol No. 81



# KANGLEIKHOL কংলৈখোল

9TH YEAR OF PUBLICATION | APRIL 1988 SAJI/KALEN 3385

কনাৱহী লাইনীং, পুন্সিরোন, থৌনা কাংলোন, পুন্সিরোল হনা, ইনাং,
লোইনসিনোনগী অমত চাইব সনাই পুন্সিকমগীথাগী চেকোং

* মালেম পুম্বগী হাদাকমনা সিজিন্নদব লুমিং
* ঈমুং অমদ সনাইলেল সিদবী কদাশদ লৈবগে ?
* মুংসিং কাডুন চাব
* খুংনম মিং সজিন মৌত্বু থঙহল্লি
* ঈপানাং ঈপুনাত্তু করেম কথায়-মগন্নু মীতৈ মপক্ত সিংনগম্নু
* ঈনাংকী কুমহৈ
* লাইফমগী ঈশিং
* সা অপ সাম্নগন নহা ওইথোকহল্লি
* মুংসিল্লক্রব কাংলোনসিং করম্ন হিংহন্নব হোৎনরকপগে ?
* কংলৈচাসিংগী মসান্নসিং খোংলেল লাল লোইথ্রবরা ?

সিদ-হিদাক ( উরি অথুব )
ঈমালোল নৈননরসি

# কংলৈখোল

হা ঈমা ঈমা ও
ঐথোয়ম্নু লাকে ঈমা ও।
লোং চুই লাকম্ন
য়েম্পাক চুপ্ত ন মলাকে।
লখৌনাদি লাকম্ন
চৈম্নু মুহুন মলাকে।
ঐখোয়মন হয়েং চাউরগ
চাউর বাদোল ফারগ
সজেন খোংগী খোংয়াইদ
সমু তোংহন লাকপদ
ঈমা নংবু কাউজরোই।
হা ঈমা ঈমা ও।

ঈপাম মৈহোয়রে লাংচিং মৈচাক্লে ইহুনিংথৌ লৈত্তবরা থাদবী মৈকলো।

# মুংঙাইরব পাউদম অম

এপ্রিল ৭, ১৯৮৮ ইং "মালেম পুম্বগী হিদাকমমা সিজিন্নদব মুমিৎ" ঙাকপগ লোয়নন সনাই পুন্সিকম্ন মুমিৎ অসিদগী হৌহ্লন এপ্রিল থা চুপ্প মীয়াম তিনফমসিংদ মৈথু সিজিন্নব থিংবগী খোঙজং পায়খৎপ হৌখ্রে। সিনেমা হোলসিংদ স্লাইদ কাপ্তুনা হোল মন্নুংদ অমদি মীয়াম তিনফমসিংদ মৈথু সিজিন্নবিদনব আপিল তৌরি। মফম কিসিং কয়াদ মৈথু সিজিন্নবগী অম.ঙব ইব অনম্ব কয়া থেহুনা সনাই কাংলোন সিন্দমসংগী পিবা চন্নুরাসিংন খোঙজং অসিদ থৌদাং য়াখ্রে।

মুমিৎ অসিগ মরী লৈনন "ময়ায় কাবগী তাইবং' কৌব এন্দজী, কাংজিয়ান ইব লাইরিক অম ঈরৈপাকমচা মীয়ামগী মফমদ ফোংদোক-চগদৌরি। মালেমসিদ কিনরিব ১ দি থিংনবগীদমক অকনব থৌরাং কয়া পায়খৎনরক্রিব ময়ায় কাবসিংগী অমাঙব অমম্লং হৌরকফম অমদি কংলৈপাক সিজিন্নরক্রব ময়ায় কাবসিংগী মরমদ কুপ্প নৈনরোল কয়াদগী লৌখত্তুনা ইরি।

ঈরৈপাক মচাসিংন লাইরিক অসিগী ম.ঙংন পুন্সিবু ফেমহল্লিব হু় মথনসিংসিগী মরমদ খঙজিনবিহৌ। হৌরক্রিব নহাবোল কয়ান ময়ায় কাবগী তাইবংদ তাউহ্নন অরেম্বদ পুন্সি মাঙখিগদৌবদগী ফনমিন্নহৌসি।


পাবিন্নু- "কংলৈখোল" - নৈনবান্নু

—পোস্ত থাবগী মমল:—

| | |
|---|---|
| ১। চেফোং ১ গী মমল লুপা ৫.০০ | ১। থা ৩গী মমল লুপা ১৭.০০ |
| ২। থা ৩গী মমল লুপা ১৫.০০ | ২। থা ৬কী লুপা ৩০.০০ |
| ৩। থা ৬কী মমল লুপা ২৮.০০ | ৩। চহি ১গী লুপা ৬০.০০ |
| ৪। চহি ১গী মমল লুপা ৫৫.০০ | |

ফংফম কংলৈখোল লংজেন, ভেম্না খুরাইজম লৈকাই, ইম্ফাল।

# KHORIROI SANGLUP
## ( Editorial Board )

# মালেমপুম্বগী হীদাকমনা সিজিন্নদব নুমিৎ

## (এপ্রিল চৈচৎ ৭, ১৯৮৮ ইং)

ইহান হানব ওইন মালেম পুম্নমক্কী হীদাকমনা সিজিন্নদব নুমিৎ "NO–TOBACCO DAY", মৈখু থক্তব নুমিৎ "NON–SMOKING DAY" হায়দুনা এপ্রিল চৈচৎ ৭ অসি পাক সন্না ঙাক্লরি। ভারতস্মু মালেমসিগী মৈখু থক্তব নুমিৎ ঙাক্লি। কংলৈপাক অসিদসু ঙাক্লরি। থবক অসি খ্বাইদগী চাউন সক্ক যাখিবসি কংলৈপাক্কদি সনাই পুন্সিফম ওইখি।

হীদাকমনা সিজিন্নবগী অমাঙব কয়া নমথোক্লুনা মফম লিসিং কয়াদ সনাই পুন্সিফমন থেংখি। ইম্ফালগী সিনেমা হোলসিংদ স্লাইদ কাপ্লুনা কেমপেন চখি। সনাই পুন্সিফমগী পীবা চন্নরা কয়ান বৈথেলগী মফম ১০০ রোমদ মীয়াম তিনফম, লম্বীসিং, হরাও কুমহৈ মফমসিং অমদি চুরুৎ-বিরি থোনফম দুকান কয়াদ মৈখু সিজিন্নব য়োনব থিংখি। সনাই পুন্সিফমগী নহারোল অহল্লোন ১০০ না পুন্সিচুপ্না মৈখু থকলোই হায়বগী বাসক লৌরব মতুংদ থবক অসি অতৈবুসু থিংবগী থৌদাং লৌখৎপ হোৌখি। পুলিসকী লোয়নসং কয়াদ কেমপেন অসিদ মতেং পাংবিনব চেয়োল মাংজোনন সবমিৎ ঙৌখি। সিনেমা হোলসিংগী মেনেজমেন্ত ওফিসিয়েল কম্যুনিকেসন কয়া থাদুনা হকথেংনন বারী রাজাই সানখি। হোল কয়াদ চংদুনা মৈখু সিজিন্নব থিংখি।

## মতেং কয়া ফংখি

অ'ত মুসলিম কাংলুপসিং, পনজাবী ঈচিল ঈনাউ কয়ামকম্মু সলাই পুন্সিফমগী মৈথ্ খাদোকপগী কেমপেন অসিদ মতেং পাংলকখি। পুলিসকী হক থংনরব মীওই কয়ানম্মু সলাই পুন্সিফমগী কেমপেনদ মতেং পিরকখি। চুরুং বিরি য়োনব তুকান ৫০০ মুক্ত চুরুং-বিরি য়োনব লেপখি। মসিগুম্ব অচৌব মতেংসিং অসিগীদমক্ত সলাই পুন্সিফমগী খু ইদগী য়াংব খৌপ্লুপ 'য়োইরেনসং" অমিন পুক্লিং থৌগৎপিরকপ ঈাচল ঈনাৎসিং, ঈচল ঈচেসিং, ঈপা ঈতে লসিং অমদি ঈমা ঈবেনসিংবু থাগৎপ ফোংদোকপ্রে। মসাদ য়াওজব চুরৎ উপুফাওব পুখোক্তুন সলাই পুন্সিফমগী শীবা চমুরামিংদ পিখোকপিরক্তুন মীয়াম মমাংদ হকচাংদ মাংনিংঙাই ওইব হৃগী মসক ওইব পোংসকসিং অসি চেগাইদুন মাওহন-মিম্নবদ সরুক য়াবিখিব ঈচিল ঈনাউসিংছবু ওৎনুন সলাই পুন্সিফমগী য়োইরেনসংন থম্মোয সেংন থাগৎপ ফোংদোকপ্রে।

## লাইরিক অমসু পুখোক্তদৌবি

ময়ায় কাবসিংন মীওইবগী পুন্সি লাখা লাথান খুজিং ওইদুন মাওহল্লক্লিব, নৌন হৌরক্লিব নহারোল লাখ কয়াবু ময়ায়-কাব কয়ান নৌন খাংচুখক্ত কেমহল্লিব কয়াগী য়ারী য়াওব — ময়ায কাব পোৎসিংদ কার করি হৃ মথলসিং য়াওরিবগে হূসিং অমিন করম মীওইবগী মমল য়াম্লব হকচাংসিংবু লায়নাগী মকোন সাম্নদুন হিংবগী মমল মাওহল্লবনো হায়বগী নৈনরোল য়াওব — ময়ায়-কাবসিং অসি মীওইবগী ওল্লিচৈগী মীহৌরোল্দ করম সকথওলকখিবনো হায়বগী কুপ্প থিজিল্লব য়ারী পরিং য়াওব অথম্বব লাইরিক অমসুং হৌদাক মনা সিজিন্নব হায়দুনা মালেম সিম্নুংন চৎথরিব এপ্রিল থা অসিগী মরুংদ সলাই পুন্সিফম থুদোল তমগদৌরি।

## নিংসিংব য়াই

সলাই পুক্সিক্কংগী মথাদ তিংখংপ সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী "পুক্সিরোন-লাইনিং" কৌব অংমুব কেন্সর অসিগী "পেপর তু" ওইন ময়াম-কাবসিংগী নৈনরোল অম নম্বর ১০০ গী য়াওরি। অসিগুম্ব কেন্সর অসি লাংথোক্লব সিন্দমলোয় পুম্মক্ক ময়াম কাব পোৎসকসিং অসি সিজিন্নব থাদোকপগী থিদম মসা মসাদ লোইন থম্ব্রবনি। কেন্সর অসিগী সিল্লেবসন্ত য়াওব মরুকসিং ম লেমজিগী ঈহান হাম্ন পাংথোকপ মৈথু সিজিন্নদবগী কেমপেন অসিগ মরি লৈনব লাইরিক অসি মীয়ামদ ফোংদোক্লদোরিবনি। লাইরিক অসিন মীওইব কয়াগী পুক্সিদ মমল নাইত্রব কান্নব থরদি স্নুকসোয় সোয়দন পিরগনি হায়বসি থাজে।

### মৈথু থকপদ করি করি হু য়াওরি ?

হীদাকমনাগী মৈথুদ — Nicotine, Carbon monoxide, Nitric Oxide, Nitrogen Oxide Hydrogen Cyanide, Arsenic অমসুং Tar নচিংব হুগী মসক ওইরব পোৎচাক ২০ হেন্ন য়াওরি। মথোয়দ মীওইবগী হকচাংদ লায়ৎেব য়াবব কেন্সর ব্রোন-কাইটিস, এজমা, তি,বি, পাসেন্তেম্ব কফ, থাক্ক ঈ য়াওব, থবাক নাব অমসুং অতৈ লায়না ১০০ হেনবদ পুন্সিবু মাঙহল্লি।

---

### মারুতি কার সাঙ্গরি

লুহোংব, মপাম চাক্কৌব অমসুং অতৈ থৌরমসিংগীদমক মারুতি কার য়ায়বিরব য়াগনি। অকুপ্প মরোল কংলৈপোল সংলেন সগোলবন্দ তেরা খুরাইজম লৈকাই ইম্ফাল অসিদগী ওফিস মতমদ লৌবিরব য়াগনি।

লাইনীং লাতম

লাইনীং নৈনসং
সলাই পুন্সিফম



# ঈমুং অমদ সলাইলেল সিদব কদাইদ লৈবগে

—য়োইরেনসং।

সনামহী লাইনিংন মীয়োন ৭ সিথরুবদগী য়ায় মরু ওইপ্রব সলাইলেল সিদবগী খুত্তম কদাইদ লৈবগে হায়বসি অযাম্বন খঙনদ্রে। অচুবু থৌরম অম থোরকপদদি সলাইলেল সিদব য়াওদব য়াদে। সুমাংদ লাইথো অম পাংথোকপদ সলাইলেল সিদবগী খুত্তম য়াদব লৈতে। ঈরাৎ থৌরম তৌফমদ নাকন্দ মেন উরেপ ময়াদ হৈরুক পান থাহন খুত্তম অম য়ানব্রিবসি সলাইলেল সিদবগী মফমনি। য়ুম অমগী মখুংদম্ব খুত্তম য়াহন সনামহী লৈমরেল সিদবীগী মফম নাইবগুম্ব সলাইলেলগীনু মফম লৈ। য়ুম্মাক নাইহন য়ুম পাল্লিব ঈমুং থুদিংন সলাইলেলগী মফম থঙদব ইয়ামক য়াদবনি। হৌজিক্তি তিনখোং লাইখোং থিত্তন য়াইফ-মুংভাই তাল্লিব

ঈমুং পুম্নমক সলাইলেল সিদবগী মফম খণ্ডন থমগদব মতম অতৃ অমুক ওইরক্লবনি। চেকসিন্ন চৎপ ঈমুংন হেন্ন মায় পাকনি।

ঈমুংগী মেন উরেপ – য়ুম খুদিংদ মেন উরেপ অম ইহান হান্ন য়ুম সাব মতমদ লাংনরি। য়ুম সাবদ ইহান হান্ন মেন উরেপ হুন্নিবসি কাংলোন অম লৈবননি। মেন উরেপকী মফম হান্ন য়াংলগ য়ুমগী অতৈ মনান কোন্ন হৌগৎকনি।

তাইবংপানবগী কুমহৈ হৌড্রিভৈদ সলাইলেল সিদবন য়ুমলিং খুল্লিং- নবগী লম্বী য়াৎপ হৌরকখি। ভেংবানবগী মপু সিদবন তাইবং কুমহৈ সান্নরগে খল্লকপদ সলাইলেল সিদবগী মফমদ ইহান হানব ওইন তরং পাউ পিখি। তরং পাউগী মতুং ইন্ন মপু সিদবন সলাইলেল সিদবগী মচা ওইন সনামহী কৌহুন সাইওল্লকখি। সনামহী সাইওল্লব মতুংদ তাইবং- পান সেমহুন তাইবং মী সেন্নকখি। য়ারী অসিগী মতুং ইন্ন সলাইলেল সিদব তাইবং কুমহৈবু থাদোকপ লৈতন সেন্নহুন লৈ।

অন্তুম সলাই পুম্নমকী মথক্ত লৈরম্ব, সলাই পাকত্রিভৈদ তাইবং- কুমহৈ সান্নবদ য়াওরক্লব লাইনি হায়হুন সলাইলেল হায়ন খিংথোন্নরি। মাদি সিব লৈতব তাইবংগী মপানি হায়হুন সলাইলেল সিদব কৌই। মহাক তাইবংগী য়ুম্বাল্লোন ভাক্লকদৌরিব মীওইবগী লৈনব য়ুমগী মেন উরেপ অসিদ সাথুগুন লৈ। মরম অহুন য়ুম অম হৌড্রিভৈদ ইহান হান্ন মেন উরেপ হুন্নিবনি। য়ুম অহুন মপুং কান লোইসিল্লব মতমদ মেন উরেপ অসিবু সলাইলেল সিদবগী খুভম ওইন য়ান্ন চেকসিন্ন থন্নরকই। মরম অহুন সং অমগী মেন উরেপকী চৎন-পথাপ অকরব খর চেকসিন্ন ভাক্লরকই।

(i) অহানবদ য়ুম অম হৌড্রিভৈদ মেন উরেপ হান্ন হুনগনি।

(ii) মেন উরেপ্ত উচেক শায়া কত্ত হৌদি তোংব য়াদে, অমাং অসোই ত্তৌশিনব য়াদে।

(iii) মেন উরেপ মখোঙ ৪ পাংব থুমোক তাইরক উপ্প য়াদে, নামুংব পোহন কুপসিন্দুন থম্ব য়াদে।

(iv) মেন উরেপ মকম হোংদোক হোংজিল তৌব য়াদে। মেন উরেপ হোংদোকপ তারবদি অথঙ অহৈদ কুপ্প হংহন তোঙায় থৌরম পাংথোক্নুন হোংবগী থবক তৌই।

(v) মেন উরেপ মখোঙদ চৈরাউবর্গী মথেল লুক্কোয় থাগদবনি।

(vi) ঈপা ইপু অপোকপ থুকমজগে হায়রবমু মেন উরেপ মখোঙদ ত্তৌনৈ, মেন পাবদ তৌবমু য়াই।

(vii) মেন উরেপকী উমিং অফব ওহগদবনি, উমিংন মায়কৈ কদোমদ য়েংবগে হায়বসি কুপ্প য়েংগদবনি। ঈমুং অতুগী অফ-কত্ত মেন উরেপকী উমিং য়েংলগ কুপ্প থংব ঙম্মী। উমিং ফত্রবদি কত্তব থৌথোক য়াথোক কয়া নংই।

(viii) মেন উরেপ পাক হেক ফুকপ য়াদে, ইরোই লোইষদ ফুকনি। মীসক মীওং য়েংন উরেপ ফুকহনগনি। অমন হেক ফুক্রদে। ফুকপগী মায়ওল কায়হনব য়াদে।

(ix) মেন উরেপ ওইরুব য়া-উ-য়োং-ত্রিকশিল্লম্ব অমত্ত কত্তব নামুংব থবক্ত অমুক হন্ন সিজিন্নব ত্তোরোইদবনি। অমুক হন্ন মেন উরেপ ওইনবদি কায়দে।

অসিনচিংব মেন উরেপকী চৎম-পথাপ কয়া লৈরি। পথাপসিং অসি চেকসিন্ন ভাক্লুন চৎনবগী মরমদি মেনগী মকমদ সনাইলেল সিদবগী খুত্তম লৈব মরয়নি। মেন পাব উখোঙ কাওব অরুব মফম ওইরি।

অনিশুবা সলাইলেলগী মফম —ঈমুং অমদ সলাইলেল সিদবগী মফম ২ লৈ। অহানবা মফম্না মেন উরেপকী মফমদনি। মেন অসিগা মপা ওইরিবা উথোঙ মেন-পাবা অসিসু চপ চান্নবা ওইবা মফম অমা ওইনরি।

সলাইলেল সিদবগী অনিশুবা মফম অমগসু ঈমুং পুন্নমক্তা লৈরি। য়ুম সাবা লোইরবদুগা লাইনিংথৌ সনামহীগী খুদম য়াম্না সং হেক কাবগা সলাইলেলনা সনামহীগী মনাক্তা থুগৎলগা লৈ। সনামহীবু য়ুম্ফম খুদিংগী নিংথৌ হাপ্লবা মতুংদা সলাইলেল সাথুপখি। অদুবু মজা ঈবুংঙো সনা-মহীবুদি থক থাদোক্তে। সনামহীগী কম্বাল লৈহুলদা সলাইলেল সিদবগী লাংথরৈ মতোন ৫ থাদুনা য়াওরি। লাইনিংথৌ সনামহী তেসিনবা মতমদা সনামহী সম্বোং অপানবী অনিগী মরক্তা মায় বাংমদা থম্থোক্লগা সাথুপ্লগা লাইরুবাক মন্নুংদা য়াতাদুনা লৈ

মরম অদুনা সনামহীগী লাইরুবাক মন্নুংদা লাংথরৈ মতোন ৫ থাদুনা তেসম্লিবা অসি সলাইলেল সিদবগী অনিশুবা মফম্নি। কুমজাগী লৈহুল তম্বা মতমদা সাথুপ্লগা লৈরিবা সলাইলেলগীসু য়াওনা লৈহুল তম্নরিবসি মরম অসি লৈবননি।

সোম্নসংগী খুভম—ঈমুং মন্নুংগী সলাইলেল খুতম অসি লৌদুনা সুমাংদা সোম্নসং থনবা মতমদা মেন উরেপ হুল্লি। মেন উরেপকী উমিং-মাযওল মিংযেংফম লোইনা কাংলোন কায়হন্দনা হুনগনি। মরমদি সোম্নসং অমা পানথৎপদা মেন উরেপ অসি সলাইলেলগী মফমনি। লাইগী থৌরম তৌরকপদসু সলাইলেলগী হৈরুক পান অথেনপোৎ তোঙাম্না কংলি।

মতম থরদংগী থনবা সোম্নসং হায়বসিসু মীওইবগী হকচাং কয়াৎ লৌদুনা পানথৎপ সংনি। মরম অদুনা থৌরম হেক লোইবগা লাইনিংথৌ সনামহীগী খুভম য়াদুনা থম্লিবা সম্বোং থংবদা পম্না অমত্তং ওইরবসু কক্তুনা

কন্নাৎ লাংকম অহু অমুক কাইথোক্লমগনি। মরম অহুন সোন্নসং অমগা মন্নুংদগী সলাইলেল সিদবন সাথুপ্তুন মেন উরেপকী মকমদ লৈ।

মকম অসিন মতম মতমত্তগী থোরমগ মরী লৈনব ৩ শুব সলাইলেল থুভমনি। ঈমুংগী মকম ২ গ মপানগী মকম অমগ য়ুম পাল্লিব য়ুম্বাল্লোয়-সিংন লিংজল্লিব সলাইলেল সিদবগী থুভম অসি ৩ নি।

সলাইলেল সাথুপথিবগী মরম - তাইবংপান হৌদ্রিভৈদ পুন্নমক্কী পুকোক ওইদ্রিভৈদ সলাঈলেল সিদবন পাল্লম্মী। মপু সিদবগী মসাদগী সলাঈলেল সিদবগ ঈমা লৈমরেল সিদবীগ পুথো ক্কুন পুন্নমক্কী পুকোক ওইহুন পাল্লম্মী। মপু সিদবন তাইবংপান সেমহুন তাইবং-কুমহৈ সান্নরগে হায়বগী সনামহী ওইন সাইওল্লকখি। সলাইলেলন মচা ওইন য়োকখি। লৈসেম-নোংসেম লোইরবদ লৈপাক্কী নিংথৌবুন কোনজিল তুকথব পাখংবদ সিন্নখি। য়ুয়ুম খুদিংগী লাইগী নিংথৌ থুভম্মুন মজা ঈবুংঙো সনামহীদ সিন্নখি।

তাইবংমীগী থুভমগ য়ুমগী লাই-নিংথৌ থুভমগ মচাসিংদ সিন্নব লোইরবদ সলাইলেল সিদবন নোংদোল কাথিনব লম্বী য়াল্লকখি। মতমহুদ মচাসিংন পুমথা থাদোকপিথিন্নু হায়জবদগী ঈমা লৈমরেল সিদবীবু পুন্নমক্কী মমা সক্তুন মচাগী নাক্ত লেংদন থুভম য়াহুন লৈননব য়াথং পিথি। মপা ঈবুংঙো সলাইলেল সিদবন সনামহী লাইনিংথৌবু থাদোকপ লৈতন সনামহীগী ফম্বালদ সাথুপ্তুন 'লংদন লৈখি। সনামহীন লাইগী নিংথৌ ওইহুন পাল্লিব তাইবংমীগী য়ুমগী মেন উরেপ্তুম্নু সাথুপ্তুন লৈখি।

মতৌ অমুম্ন মচাসিংদ থুভম য়েনথোকপিব লোইরগ তাইবংপানবগী পুন্সি কুমহৈবু লোম্ন থুপ্ন সেন্নহুন মজা ঈবুংঙো সনামহীগী নাক্ত লৈখি। মপা ঈবুংঙো সাথুপ্তুন লৈরিব লাইনিংথৌ সনামহীগী থুভমদ মনাউ ঈবুংঙো পাখংবন চহিগী হৈকৎ লৈকৎ, ওমহুন তাইবংপানবগী কাংলোন কায়দন চৎথরকখি।



## থোংলেল লাল লোইখ্রবর ?



ইতাও চাউব নোংথোনব।
করিনো ইত্তাও ইকিং ফিংন হমুথংদ।
মুংসিনহৈ ইতাও চংসিল্লকউমে থাওন য়ানগে লাউ।
মীবু থাঙন য়ানগে চংসিল্লকউ লম্ব ফংনব হায়নব্রাও।
থাঙন য়ানব কিরগন নখজাইহু চিকথংপিগে লাউনে।
মুংসিনহৈ ইতাও চাউব সায়গায়বিগে চংসিল্লকউ।
করিনোনে মুংসিরগবু থাওন য়ানব্রাও, সায়গায়ব্র ও।
মুংসিরকপবুদে থাওন য ন্দদে মুংসিববু থাম য়াব্রাও
চৈস্থ চৈবিগে লাউনে লাপ্লবদি ফংদদনা।
থাওন য়ানব ফংননব চংসিল্লকখিব তারিনে অঙাওবা।
মুংসিববু নথৌ লৈব্রাও, নরাইপকতুম সাব্রা ইংব্রা য়েংউ।
বাখেম চুয় তৌঙৌ ইতাও সোয়জনিহে, বাখেন হৌরে
ঐ সংবিগে।

মোইরাং কংলৈরোনগী মহাওসি হৌজিক ফাওব মাডউ কৌবতা য়াদে। মতাও মুংসিবু ফোংদোক্লিব থুংফোংদোকসে অতৈ লাইরিক ইবন তৌরবদি মীচৈ ফন য়াম্ন ত.গানি। করিখোজৈন য়েক্লমনো তাবগী য়েংবগী পাবগী অপেনব নাইদে। মৈদিংগোল অসৈব কনানবু ইরম্লিগব, অরিব মসক খঙজদব ওসিগী কবী কৈওইব অমত্তনস্থ লাম্বা তৌব ঙমগদবগী মত্তিক লৈতে। মতমসিগী কবী কৈওইবসিংও ননিং নমাং হোত্রোং হো নতু লৈমনি কাংকোক

চোথেরা, হুইকপ্পা, চীংসাংলা খেন্দে কনানো য়াম্বগে-থুরকী ঈনা লাম্নোইব ওইরে মথরায়সিংহ পুল্লপ্ন থমমুং নিংথৌদ পিথোক্কে-কাউব ঙমজব থোংলেল লালনি থোংলেল লালদি থোংলেলগী লালনি হায়রগ লোইরে। বাহৈসিন অহুম ওক্কে। মীকপ থোকত্রিব কবীকৈ ওইবদি থোংলেল লালনতা হৌদোকপিগদবনি।

# কাংলোনগী তাইবং

## (নুংসিৎ ফাহুন চাব)



—কাংজ্ঞীসা।

"নুংসিৎ ফাহুন চাগেরা?" কাংলোনগী তাইবং নৈনরবদি নুংসিৎ ফাহুন চাবগী বারী তত্তুন থেংনগনি। ঈসিং ফংদব পাং, তুরেল' ঈসিং-থোং ঈকোন (পুখ্রি) অমত্তু লৈতব মফমদ অমদি লৈকংলা কয়াদ থৌরায় পানব লিপিং লিপিংন নুংসিৎ ফাহুন চারি, হিংলি।

কংগারু-উচি—ঈসিং মুককং ফংদব অষ্ট্রেলিয়াগী লৈকংলাদ থেঙ্গোং হায়রন খঙনব কংগারু-উচি মখল অসিন নুংসিৎ ফাহুন চারি। কংগারু-উচিসিং অসি পাম্বী মখল থয়গী মরু থুন্দুন চারগ হিংই। পাম্বীগী অরুংমহৈসিং অসি অমুকী মতিক কংই, মহৈসিং অসিন কেমগ লৈকংলাদ তাহুন লৈবদ পুংকং কংথিহুন অচোংপগী মরুক অমত্তু মপাদ য়াওদ্রে। মহৈসিং অসি চাহুন হিংব য়াবগী থাক লৈতে। মরম অহুন কংগারু-উচি

বেত্তোংসিং অসিন উগী মহৈসিং অদু খুনজিল্লগ লৈখ্ৎলে অহোবদ পৈসিন্দুনা থম্মী। অহিংদ সিংগা নুংসিংন ইংথহল্লুব লৈশ্ৎলসিং অদুদ উগী অকংব মহৈসিং অদু খর খর পোপথোরকই, ঈসিংগী সরুক খর খর নুংসিত্তগী কংহুন চোংলকই। অমুম্ম মতিক চান চোংশক্ৎলন ঈসিংগী সরুক য়াও-রক্লব মতমদতা কংগাক উচি বেত্তোংসিং অসিন চাই। নুংসিত্তগী কংব ঈসিং য়াওরব মহৈ-মরোংসি অদু চাবগ মখোয়্‌না লায়্‌না হিংননব হোংবৈ। মসি কংগারু-উচিগী নুংসিং কাহুন চাবগী হৈসিংলব লৌসিংনি।

এগামোইদ-চুম – অন্ত্রেলিয়াগী লৈকংলাদ লৈরিব এগামোইদ-চুম মখল অসি কাংলোন্নী ভাইবদ "মোলোক" হায়্‌না কৌই। মোলোকসিং অসিন অহিংদ সিংগা নুংসিত্তগী অয়্যিংব লিক্লাগী সরুক অদু মসাদ লৌসিল্লি। মখোয়গী ব্রু' খ্রুং লাওব মতুসিং অদুদগী লিক্লা অদু মসাগী উনসাদ তাহল্লি। উনসাদ চোং চোং লাউরকপ মতমদ মোলোকসিং অসিগী উনসান নুংসিত্তগী কংব ঈসিংগী সরুক অদু চুপসিল্লি। ঈসিংগী সরুক অদুন এগামোইদ চুম মখল অসিগী হকচাং মমুংদ অরাংপ ঈসিংগী চাংদু মেনখংবৈ অমুম্ম নুংসিংপু কারগ ঈসিং সুকথক থক্তুন হিংননবগী লম্বী ওইবৈ।

মহৈ-মরোং পৈসিন্দুন চোংহল্লগ চাব হৈত্তব এগামোইদ-চুমসিং অসিগীসু নুংসিং কারগ ঈসিং ওস্মোক্ৎলন চাব ঙম্বগী মসাগী উনসা লৈজে। মসিবু লাইন পিবিব ঈসিং সুংজনবগী পাম্বৈনি হায়্‌দুন য়াম্ম ঙক্ত য়েংনরি। অদুন মোলোকসিং অসি ঈসিং সুকথক থক্তুন থরায় নুংঙাইন হিংই।

লৈকংলা মচাসিং করম্ম হিংবৈ ?—লৈকংলা মচা-থেঙ্‌ৎ মখল-সিং, এন্টিলোপ, গরবিল, জেরবোরা, সসলিক-অসিনচিংব লাগৈ কয়ান ঈসিং সুকক কংদন লায়্‌না হিংব ঙম্মী। লৈকংলা মচাসিং অসি ঈসিং সুকথক থক্তন থা কয়ামরুম চংপ ঙম্মী। লৈকংলাগী পাম্বীসিংন নোং চুব মতম খরদং অসংব মনা চোংব ঙম্মী। নোং চুবগী মতম খজিক্তংদু

লোইশ্রুগ পুম্নকং কংথি। অদং অমান ফংলিড়ে মতমদ মরূ কাহ্নুন লৈমুংদ লৈহৌব মরূ কাবী পাম্বীসিংগী মরূসিং অহু পুম্নমক ফংগ্রব মতমদ লৈকং লা মচাসিং অসিন লৈমুংদগী তান তান্দুন চাই। লৈমুংদ লৈব মরূ কাবী পাম্বীগী মরূ মমুংদ ঈসিংগী চাং য়াম্ন/য়াওই। মরূসিং অহুন কংলব মতমদ অহিংদ সিংপ মুংসিত্তগী লৈপাক লৈহাউন চুপসিলহৌব মনিলগী সরুক অহু চুপসিন্দুন চোৎ চোৎ লাউন কুইন লৈব ঙম্মী। মহী য়াওব পাম্বীগী মরূসিং অসি তাল্লগ থোরায় পানব কয়ান ঈসিং লৌহুন খিংই।

পাম্বী চাব হৈত্তব সা-ঙা চারগ হিংব সা-উচেকসিং অসিন অমুক পাম্বী মরূ চাব সা-ঙা। তিল-কাংসিং অহু ফাহ্নন চারগ ঈসিংগী সরুক ফংই। অমুম্ন মাগী মাগী হিংনবগী পিরকপ লম্বেলদ মুংসিৎ ফাহ্নন চাবগী কাংলোনসি চংথনৈ। হকথেংনন ফাব ঙম্ব, হাপ্পিরকই। থোকউদ থোকপ খুদোপ য়াইওইবসিদি ওম্বোক্ত মমল য়াম্মী। মসিদ য়াওরিব মপাঙ্গলদি মথল অমথক্কী নত্তে। মথল পুম্নমক্কী পাঙল পুম্নমক মসিদ য়াওরি। মহুদি মীওইবগী "রাথল-লৌসিং" অসিনি। মপাঙল অকক্লব অম য়াওব্রবমু "লৌসিং" অসি হুল্লগ মপাঙল অহু হেক্ত থোকই। করম্ন লৌসিংবু সিজিন্নবগে হান্নবহু খুদম লাখা লাখা লৈশ্রবসিংগী মরক্তগী অমত্তং লোখৎপ য়াই।

ঈসিং ফংদব ক্রিমিয়া লম্নদম—ঈসিং ফংদব ক্রিমিয়া লমদম অসি হৌজিক্তি ঈসিং রাত্তব লমকোয়ব লিসিং লিসিংন মুখিৎ খুদিংগী ইরুজব ফংব মফম অম ওইরে। নোং চুব হেক লেপথিবগ ঈসিং কোম মচা অমফাওব উব ফংদব' থোংলম পুম্নমক পুমফং কংব ক্রিমিয়াদ নোং চুরিবৈদ লৈমুংগী ঈসিং থমকম অচৌ অচৌব সাহুন ঈসিং য়োককম কয়া মরাং কায়ন থমথ্রে। লৈমায়দ চাউনলুন ভৌথোক্লব ঈকোন ( পুখ্রি ) কয়া থমথ্রে। মসিন চাওখৎলক্লব মতমগী অনৌব রায়নি।

ক্রিমিয়ানসিং করম্ন হি লন্মী ?—ফেগুদোসিয়াদগী থর চৎলগ লৈব ক্রিমিয়াগী নোংপোক থংব সকক্ত আর্কিওলোজিস্তসিংন খিজিনবদগী খঙলে। মহুদি-ক্রিমিয়ানসিং অসি মুংসিৎ ফাহুন চাব হৈরম্মী

ময়ায় ওইব চক্ত লৈরম্ব অঙম-অথৌ অমগী ইংখোল মন্নুংদ সাবম্ব মন্নুং নাইব পিরামিদ অম খিজিনবদ ফংখি। পিরামিৎ অসিগী মথাদ মুঙন নিংথিন চল্লব ঈসিং যোকফম লৈরম্মী। পিরামিদ মসাদ সা.ন হৎপ ঈসিং চেম্ফম কয়া অমদি অহোব হুত্তোক্লব মযম কযা থল্লম্মী। অসাব সমত্র্ দগী হুম্লকপ মুংসিংন মুঙন চনব অয়িংব পিরামিদ মনু দ চংখিব মতমদ পিরামিদকী অয়িংব ফক্লাংসিং অতুদ যেংবদ লিক্লা মরিক মরিক সেমগৎ-লকই। লিক্লা মরিকসিং অতুন অমগ অমগ অস্নুম পুন্সিম্নরল্লগ ঈসিং মরিক মরিক অচৌব ওল্লকই। পিরামিদ মন্নুংগী ফক্লাংসিংদু পুমচোৎ চোত্ত্ন লৈ। অস্নুম্ন পিরামিদ মসাদগী চেম্বরকপ ঈসিং মরিক মরিকসিং অতুন লৈম্নুংদ মুং চন্দুন থম্লিব ঈসিং যোকফম ঈকোন অতুদ তুংহুন লৈ। অতুগুম্ব মুংসিংতগী ফংব ঈসিং ঈনিলসিং অতুতন সেম্ব লৈম্নুংগী ঈকোন মন্নুংদুদ ঈসিং যোক্ত্ন চহি চুপ্প সিজিন্নব ফংলম্মী।

মুংসিং ফাহুন চাবগী রারীদ ক্রিমিয়ান কাংলুপ্প্ থক চিংখব য়ারোই।

মীন ঙমলগ তরপূজ ঐদি করিগী ঙমলোই—লৈকংলাদ মীগুম্বন হিংব হৈরগ তরপূজ হায়ব ঈসিংতন মহৈ তন মসা পুম্নমক য়োংমতুন পানব পাম্বী ঐস্নু করিগী মুংসিং ফাহুন চাব হৈতনি চোংথোরক্লি।

কারা-কুম হায়ব লৈকংলা, লৈঙোইঙাক্তগী লৈকং লম অসি ঈসিং উব ফংদে, নোং চুদবদ খুয়া পোক্ত্ন কারা-কুম মথক্ত চৎপ ঙমদে। অহুব্ কারা-কুমগী নোংচুপ থংব সকক্ত ঈসিংতন মহৈ ওইতুন পানব তরপূজ পাম্বী কয়া কনামত্তন ঈসিং চাইবিক্লবম্ব নিংথিন হৌরি।

"কারা-বোগাজ-গোল" গী সমক্ত সকক্তগী ঈসিং ঈনিল পূব মুংসিংন কারা-কুমগী লৈঙোয়্নলম তাম্ন অয়ুক মুংথিল অমম্নুং অহিংদ



মুৎসিল্লক্লব কাংলোনসিং
কবন্ন হিংহন্নব
হোৎনরকপগে ?
( ৬ সুব সরুক )

পুখোকচব—
সলাই কাংলোন সিন্দমসং

মমাংগী কংলৈখোল চেফোং মসীং ৭৬ সুবদগী ৮ꣳ "সন্সাইপুরেল" হায়ব সলাই পুন্সিফমগী খাইদগী য়াংব ফম থিন্দোকখ্রব ডক্টা প্রো: কাংজ্রীয়াগ সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী সিন্দমলোয়সিংগে উন্নদুন কান্নরব য়াগী কয়া লৌজরুবগী তাংকক ৫ থোক্ল মথং মথং ছাপচখ্রে। মতম অমদ "কাংলোন" হায়ব য় হৈ অসি ফাওব চৎনরুদ্র-বনি, কাংলোন হায়রগ করি পোৎনো হায়ব ফাংবা থিনরুদ্রবনি। অম্নুক তমথিন কংলৈপাক অসিগী অসেংব ঈপ নাং ঈপূনাংকী ললসিং অসি

লমাই ২৭৯৮ গী মথা—

সিংলি। অহিংগী মতমদ ইংসিল্লকপগ ঈরোইনম ঈসিং মরিক মরিক পোকপ হৌরকই। মতুন লৈভোইগী মুংসিৎ চংসিনথিব ওম্ব মথুল অহোবসিংদ চংগ্রগ ঈসিংগী সরক লৈহৌই। মদুগী মথক্ত তরপুজ পাখীন মলাদ লৌসিনব ওম্ব চাংমু অহিংগী মতমদ লৌসিল্লি। অম্নুম ঈসিংতন পিক থনব তরপুজগী মহৈ পান্দুন কনামত্তন ঈসিং চাইবিদ্রবস্থ লায়ন লায়ন হিংই। মভোন্দগী মহীগী সরুক কংদুন থরায পানব কয়াবুস্থ হিংব ওমহল্লি।

"মুংসিং কাদুন চাব য়াত্রা ?" ওমজরবদি য়াই।

# সিদ-হীদাক
## (উরী অথুম্ব)

"উরী অথুম্ব" অসি হীদাক ওইন মালেমসিগী মফম কয়াদ নিংথিন খঙনরব অমনি। জর্মন লোলদ Sussholz হায়ন কাওই, ফ্রেঞ্চ লোলদ Bois doux হায়ন হীদাকীদমক খঙনৈ। পার্সিয়ান লোলদ Ausareha mahaka, অরবিয়ান লোলদ Asla-soos (মরাবু), কেন্তোনিজদ জেষ্টমধু, আমিলদ অতি-মাথুরম, তেলেগুদ জাষ্টি-মাধুকম, হিন্দিদ মিথিলক্রি হায়ন মমিং চৎলি। ইংরেজিদ Liquorice, Sweetwood (উ অথুম্ব) হায়ন খঙনৈ। কাংলানগী মিংদ Glycyrrhiza Glabra (G glandulifera) হায়রিবসিনি।

অয়াওব মচাক– উরী অথুম্বগী মরাদ য়াওবিব মরু ওইব মচাক্তি Glycyrrhizin (নাপু মচুগী মকুপা, এস্পরেজিন, চিনি, চনাং, এসিদ রেসিন, গম, মুৎসিলেজ, ফোস্ফোরিক - সলফরিক - মেৎলিক এসিদ মখলসিং, কেলসিয়ম, মেগনেজিয়ম থুমগী মখল আসনচিংবনি। মকুগী সরুক্তন tannin গী সরুক ফংই।

কান্নব– উরী অথুম্ব মরাগী মকুপ, মচৈমথৈ লৌথোক্লগ সেম্ব শুঙি অমসুং অথুম্ব অসিন সুংদোক্লগ সেম্ব উম্নব লে জেন্স অসিন লোক মরিল, থবোকী উতোং (ব্রোন - কিয়েল ত্যুব), পুক অমসুং ঈসং মরাদ লাকপ অনাব মখল কয়াদ ফরব হীদাক্নি। লোক থুব, খেব, খৌনাউদ অসিনব কাব, হরা কংথু, যিঙৌ চৎপ, ঈ হাথব, ঈসিং মরী সাগৎপ, পোমখৎপ, অপোম অঙংগী লায়না খুদিংদ উরী অথুম্বগী মরান সেম্ব হীদাক অসিন হায়নিংঙাই লৈতব কায়ে।

নৌন থিজিনবদ দাঃ জিওঃ এস, কেইথনা হায়রে– "নাবগী চাং হন্থহনবদ, চাকথাউদ এসিদকী সরুক লোকহন্নরুপ চাকথাউগী লায়নাদ উরী অথুম্বগী হীদাক অসি অঙকপনি। আলকালিগী হীদাক এসিদতগী পোকপ অনাববু কোকহনবদগী য়াম্ন হেন্ন উরী অথুম্ব অসিন ওন্মী"

মাঙখিব হৌরক্লব ফাওনদ থজিক্তং ঙম্লিবৈঙী লাইরিক লাইশু নিংথিন হৈরব মীওইসিংগী মরক্তী মুংখিব য়ারম্লব ঈনাংগু কম্লনবগী কংথোক-পগী থৌদাং মসক থোক্ল লৌবিরকখিব মসীং থানব পংলৈ লৈরমদে।

মতমগী মতুং ইম্ন নৌরিবৈঙে পুন্সিদগী ঙসিফাওব নোংমথক ফাওব পোত্থাবগী সরুক য়াওরকত্রব ঈনাং বম্লনবগী লাম্ফমদ বংথোবগগী মপান নাইত্রব থুদমতন শিক থন্দুন লৈরব উজা কাজীয়া থোক-পিরকাখ। মাঙথ্রগদবা চিংনরম্লব কংলৈপাক্কী তোঙান তোঙানব হীরমগী কাংলোন কম্না উজাসিন অঙাং ওইরিবৈঙেদগী পোত্থাব লৈতন থিজিম্লকপ, ঔরাইরকপ, থোঙ্গুল লিরকপ অমদি থোঙ্গ-থুংক চিলগ-ইথোরকপগ-কংলৈচাসিংদ খুদোল হম্লব হোংনরকপগ চপ মাম্লন চংশিম্লকপদগী ঙসিদি কোর্স ২১ দ হীরম ৩ গী থাক ৭।৭ লৈব কাংলোনসিংগী শিন্দমকম সলাই কাংলোন শিন্দমসং চহি কয়াগী মমাংদগী মরা তাম্লন লৈখ্রে। মপাল সাংলাক্র, মহৈ য়াম্লকলে। হন্দক্ত কংলৈপাকসিগী ইহান হানব ওইন চিংথৈরোন সাজেল, পুন্সিরোন-হচাগী সাজেল, পুন্সিরোন হলা কাংলোন, লাইনিং-থুদা ১১ গী কাংলোন অসিনচিংব কয়া জি, এম, হোলদ ঈরৈপাক মীয়ামগী মাঙদ নৌহৌনন সলাই কাংলোন শিন্দম-সংন দিমোন্সত্রেসন তৌতুন থুদোল তমখ্রে। কাংলোনসিং অসি উজা পুরেল অসিমক লৈরমদ্রবদি মতম পুম্নমক্কী ওইন থিবগী মতম হেন্দোক-খিতুন পুংমাঙ মাঙখিব তারম্লবনি। মরমদি কাম্ন কাম্নরব হক্লব ঈনাংকী ললসিং অসি থঙলম্ব সাম্নরম্ব অথঙ অহৈ অহল লমলসিং নোংম নোংমগী মসীং হম্বরক্লে, নোংম নোংমগী অশুম অশুম থুম্নখ্রবনি। অহলসিং অসিন থ পথিব পুম্নোয় লোইবদ কাংলোনসিং অসি পুংমুং মুংথ্রগদবনি — মতম পুম্নমক্কী ওইন।

চেক্কোং অসিদ অহুঙম পুন্সিরোন্দ, থাঙদ, তাদ, লম্বুদ, লাংসোইদ, মুক্লাদ, সম্নিং-সরাক্ত, হুয়েন লাংলোন্দ ( হুলাদ ), সাফা কাংলোন্দ, মীতৈ

ময়েক্কী চাউরব লালদ, পুন্না থিগৎপগী থাঙবদ ৱারব লম্বীদ, লাইনিং লম্বী থিগৎপদ, মাইবরোন্দ, হীদাক-কাংলোন্দ, মীহৌরোন (হিস্তরি) চুমথোক্লব হোৎনবদ, কাংলোন্দ. লিতরেচরদ, মোরেল অমসুং সাইকোলোজিকেল স্তদিদ, নহারোলগী পুন্সি কন্নব হোৎনবদ, সনামহী লাইনিং পুখৎপদ, ময়াই কাব থিংনব হোৎনবদ, তমফম সংলেন কয়া লিংখৎপদ, এদজ্জেনচর অমসুং এক্সপেদিসনগী অকনব লম-চীং-মান-নারক-ঈসিং মক্ক লিসাংসিংন চত্তুন থিগৎপগী লমদ, ঈনাৎকী খোল্লাগুদ, লাইরিক ইব অম ওইবদ—মসীং লাকঙমত্রব হীরমসিং অসিদ নোংমত পোথাব লৈতন চংসিনব লেপত্রিব উজা পুরেল প্রো: কাংজীযা মসামক থৌসিনকোনবু লিংখৎপিরম্ব মীয়াম্ন মায়চৌ থৌকাচানব হাযরগ খঙনরিব কৎথোকপগী মপান নাইজ্রব পুন্সি অম ওইখ্রব পাবুং ঈবুংঙো অসিগ তিন্নজোৎনরকপগী হুংঙাইখ্রব তাংকক অসি অথন্নন চেফোং অসিদ হাপচরি।

সলাই কাংলোন সিন্দমসংন তাংকক অসি থ্বাইদগী হেন্ন থন্নায় য়াওন, পুক্নিং সুপ্ন, মায় থৌরাংন লৌজহৌব ৱারীগী অসম্ব মতেক অহুনি।

– থৌবুরেল, সলাই কাংলোন সিন্দমসং।

কৈচা চাউবা—ঐখোয়গী কংলৈপাক থৌসিনকোনবু পোকপিরম্ব পাবুং থৌকাচানবগ উজা পুরেলগ লোয়নবিরকপদ উজান পুন্সিদ কাউব ওম্নরোইদব তাংকক অমত্তং ইহান হানব ওইন তাজনিংই।

পাউখুম=ঐন ঈয়াম্ব ঈবুংঙো মায়চৌগ মতম সাংন তিন্নজবকপদ কাউব ওম্নরোইদব তাংকক কয়ামরুম লৈখ্রে তাংককসিং অহুগী মহুংদ ঐহাক্ন পুন্সিচুপ্নগী ওটন কাউরোইদব তাংকক অম খন্নোকপ তারবদি ঐগী মিং থোনবিরম্ব অহুনি। “কাংজীয়া” হায়রিব ঐগী মিং অ.স ঈয়াম্ব ঈবুংঙো মায়চৌন থোনবিরম্বনি। মায়চৌন হায়বিখি—“ঈবুংঙো নংহাকী অসেংব য়ুম্নাক্তি ঙা'রি-য়াম্বমনি, মঙাং সলাইনি। অহুবু পিসক।পক্লিঙৈদগী নমা সনান (হুপী লালগী লুচিংবা অম ওইখিব কাংজম ঙংবী সনাজাওবা)

কাংজম ঈ ওইন য়াজরকখিবনি। অদুন ঈনাউগী মিংদি ঈয়াম্বন খোনগনি। কাংজম ঈদ য়াজরকপ ঈনাউগী মিংদি কাংজম+ ঈদ + য়ারকপ = কাংজ + ঈ + য়া = কাংজীয়া কৌরসি।"

ঈয়াম্ব মায়চৌগী য়াথং অদুমক ঐহাক্না থম্মোয় সেংন য়াজখি। ঈয়াম্ব মায়চৌন থুপখ্রব মতুংদ ঈয়াম্ব ঈবুংঙোবু ইকাই খুম্নব উংচব ওইন লো কোর্তকী মহেং লৌদুন এফিদেবিং তৌদুন ঐগী হান্নগী মিং "গোপাল" হায়বদি ওম্মোক্তুন "কাংজীয়া" হায়ন কোর্তকী রিকোগনিসন লৌখি। তাংকক অসিমদি ঐগী পুন্সিদ কাউব ভম্নরোই।

পুচা ভাঙোম্ব নিংথেম—পাবুং মায়চৌ অসিগ উজা পুরেলগ ঈনাংকী ঈহৌদ ইহান হান্না সম্নবিরকপসি করম্ব মতমদগীনো খঙজনিংই।

পাউখুম—ঈয়াম্ব মায়চৌ অসিগ ঐহাক ইহান হান্ন ঈনাংকী মরমদ সম্নরকপ অসি খ্রিঃ ১৯৬১ দগীনি। মতমদুদ ঐহাক ক্লাস viii (আইং) তম্নি। ১৯৬১ দ ঐহাক ''কবী জয়দেব'' হায়ব লীলা মচা অম কুমখি। "কবী জয়দেব" গী লীলাসিদ ঐন কবী জয়দেব সাখি। চহিসিদ 'নেসনেল বার" হায়ব লাকগী লীলা অমদদু হেরোগী পার্ত কুমখি। লীলা ২ অসি কুম্নদ কবী জয়দেবগী লৈঙাং সংব কৈজোম অম মেক-অপকীদমক থিখি। বারগী লীলা অসিগী ফি খরদু থিখি। মতমদুদ ঈয়াম্ব মায়চৌ অসিদ চংলগ ঐন ফি খরগ রায়খি। ঈয়াম্বন লৈঙাং সংব কৈজোম অমগ ফি খরগ পিবিরকই। ফি রায়ব চংপ অসিদগী মায়চৌ অসিগ ঈনাংকী মরমদ, মীতৈ মহেক্কী মরমদ অমদি সনামহী লাইনিংগী মরমদ অহক্কপ রারী সানবসি হৌখি। লীলা সান্নব লোইরগ ফি থিনব চংপদদু হেন্ন হকচিন্নন মথা রারী সান্নরকখি।

ফি থিনব চংপগী মুখিং অদুমক্তদ মীতৈ মহেক ১৮ গী রারী অসি কজমনখ্রদুন পুং ১ গী মতুংদ ঈয়াম্ব মায়চৌগী মাংগোলমক্তদ ইবগ পাবগ পুম্ন ঔরাইদুন হৌখ। থুদক্ত ঈয়াম্ব মায়চৌন রাহে খর, মী মমিং য়ুম্নাক

থর হায়রগ ঐন লোনচন (বানান) তৌহুন ইখি। ময়েক অমুক থাইদো-ক্তুন পাখি। ঐন মীতৈ ময়েক্ত থোরায় য়াম য়াওব অমদি খঙনিংমনখিদ্রন পুং ১ রোম পাব ইব ঔরাইরগ লোনচন (বানান) তৌহুন ইব পাব ওযহুদ য়াম হয়াউব হুংঙাইব উৎপিখি। মসিগী মমাংদদি নাওরিযা ময়েক হায়ন ময়াম খঙনরিব ময়েক অসিতমক থুংলোয়ন হৈরম্মী। ময়েক ৩৫ গী মপী লাইরিক্লচিংব লৈহুন য়ুংদদি থম্লগ বাজলা ময়েক থোম্বোক মায়বত্তুদ ঐগী পুক্লিংদ ইগা য়ানিংদব অম ফাওবদগী থোইন ইব পাব ঙম্মব হোৎনরুদে। মরম অহুন হুমিং অহুন ঈয়াম্ব মাযচৌগ ঐগ ঈনাৎ পুখৎ-নবগী লম্বীদ হকচিন্ন তিম্নব হৌখিবগী অহানবনি।

থুচা লৈসেম্ব—পাবুং মায়চৌ থোকাচানবসি তেরা থুরাইজম লৈকাইদ লৈরম্মী হায়বসি চুম্বরা? উজা পুরেলস্থ থুরাইজম লৈকাইদ লৈবিরকপনিন মতমহুদদি থেংনবিখিদবরা।

পাউথুম—ঐন এল, পি, স্কুলদ তম্লিবঁদ ঈয়াম্ব মাযচৌ অসি ঐখোয়গী লৈকাইদ লৈরম্মী। ঐন ক্লাস রান (মরিস্থব) তম্ব মতমদ ঈয়াম্বগী মচানুপী অহল ঈবেমহল অসিন অঙাং য়াম ওইন ঐখোয়গীদ লাক্লগ মমাম্নবিসিংগ সাম্নমিন্নব মতমদ ইহান হানব ওইন "কৌক্রুন লেম্ফুনি, লোকতাক সনা তেংকোংনি, থাংজিংনবু উকম্নি" হায়ব ইসৈ অসি খুবাকইসৈগী মওংদ সকপ তাখি।

ইসৈ অহু হেক তাবগ ইসৈসি কনান তম্বিবনো হায়বহু ঐন ঢিগৎখি। মতমহুদ ঐগী ঈমা (সনাজাউবী) অসিন "হায় জুগেশ্বর কৌরম্ব থোকাচানব হায়ন মীতৈ চংখিবদগী মমিং ওল্লব নহা অম লৈ, মাগী মচা নুপিনি, মপান তম্বীরিবনি" হায়দুন ঐঙোম্ব তাকখি। নুমিত্তুদগী ঈয়াম্ব মায়চৌগীদ চত্তুন য়ারী য়াতাই সাম্নব তানব হৌই। মীতৈ য়ারী হেক হেক সায়ব মফমদ ঐন চত্তুন অম্নুম তাব হৌখি। ঈমাগস্থ য়াম নুন তিম্নব মরম ঐখোয়দস্থ তোম্নন তোয়ন লাকখি। য়ারী সানবহু তাব

ফুংঙাইহন্নন তত্তন তাখি। অঙাং ওইরিব মরম ঈনাংকী ঈহৌদ খোঙদা-মিন্নবগী য়ারী অহকপদি সান্নখিদে।

য়ুম চনু কংলৈম—উজা পুরেলন পাবুং মায়চৌদগী ইহান হায় মংবিখিব পুঙ্গিরোনগী কাংলোন অসি করিনো হায়বহ্ন অমুক্ত তাকপিয়ু।

পাউথুম—ঈয়াম্ব মায়চৌ অসি ঐবু পোকপিব য়াবনি, অস্নুম ময়ামগী ঈযাম্ব ঈয়াম্ব হায়রুন চংনবহ্নদ ঐহাকস্নু হৈনখিদ্রুন ঈয়াম্ব হেক্ত হায়খিবনি। মাযচৌ অসিন ঐঙোন্দ ইহান হেক হায় লাইমিংনচিংব লৌদুন ভমজব হৌনবী পোংচৈ লাংজদুন কংলব মতুংদ তমবিখিব পুন্সিরোন্গী কাংলোন অসি "য়েল য়াহিপ-য়াওল অহুম" হায়বস্নিনি। হুমিদাং তুম্বদ "য়েক্ত হায় য়াতাব খোঙ ওই থুপ্প-য়েং ত্থিংব, লোংন য়াওনব ঈসিং মরী সুরম্ম, অরোইব য়াওন্দ এইদ য়াতাব খোঙ য়েং থুপ্প" কাংলোন অহুম অসি য়েল য়াহিপ কৌই হায়রুন যক অহনব অম থারগ হম্ন হম্ন ঐরাইদ্রুন মওং তাগ্রিবফাওব নৈনদ্রুন তাকপিখি।

হুমিৎ অসিদ হুমিদাং তুম্নমদাই লাই থুরুম্ব অমদি যাহৌরকপগী লৈমরেল-লাইনিংথৌ থুরুম্বগী ফমফম "চিংখৈ-খোঙ্গাই" হাযব লাইনিং-ফিথুপ অসি তাকপিখি। ফমফম অসিদি হম্নরবফাওবদ খ্বাঙ কোন্দবনি হায়দ্রুন য়ায় চেকসিন্ন হায়বিখি।

মথংদ "খোঙহাম-ফিথুপ", অমাংব থৈয়খংহন্দনব অমদি খ্বাং-য়াংলেন চুম্ন থম্নবব খোঙহাম-ফিথুপ্ত "নামৈ য়েংবী" 'খাওন লৈবীগী সরুক হাপ্লকপ অসিনচিংব কাংলোনসিংস্নু তাকপিব হৌখি। ময়ামসিগী মন্নুংদ "য়েল য়াহিপ—য়াওন অহুম" গী কাংলোনসিন ইহান হানবনি।

থোং নিংঙোল ঙাম্বোইবী - উজা পুরেলন সনাই কাংলোন সিন্দমসংগী সিলেবসত য়াওদ্রুন ঐখোয়দ তাকপিখিব ' চিংখৈরোল অচৌব" হায়রিব সাজেন পুম্নমক্কী নিংথৌনি হায়দ্রুন তাকপিখিবাসগী মন্নুংদ পাবুং মায়চৌ অসিন তাকপিরম সরুকস্নু য়াওবিব্রা হায়বহ্ন হাজনিংই।

পাউথুম চিংথৈরোল অচৌব অসি থিগৎপদ চহি ৭ লোম চংখি। শ্রীজয়গোবিন্দগী সনখ্বা পূরেল ইতোমঈবুংঙো অরাম্বম ইবোহল, ময়াম্ন ইরোইথিবাকচাব হায়ন খঙনব (ইরোই থিবাক অচৌব অম সেল থাদরগ চাখোকই হায়বগী থোনখিব মিং ) ঈপু, সলাম মাইব ( সাজেলগী মতেংন লায়যেংবদ ফাওখিব ), সোরাইসম পন্দিত থোনো, মতম সাংনা সোল্লু-বদগী সাজেল হৈব মাইবতন লাইয়েংবিরকপ ঐবু পোকপ ঈপা ( ইবোবী ), ঈশ্বাম্ব মায়চৌ থোকাচানব অসিনচিংব অখঙ অহৈ কয়া ঐন খনজক্ল্পসিংগী মনুংদগী থেংনরক্লুন চিংথৈরোলগী কাংলো• সিং অসি থিগৎলকপনি। অহক সিং অসিগী মনুংদ বানপ্রস্থ ব্রহ্মচারী ওইন সেবা আসুমদ মহুম কুইন লৈবিরম্ব লৈখিত্রব খুদ্রাকপম আদম্ব সিংহদগী



হাপচন্নিবসি থোসিনকোন লিংথৎপীরম্ব মাইচৌ থোকাচাম্বগী সক্তম্নি। চিংথৈখোলগী কাংলোন সাম্নব মতমদ সোনগদব লাইরোল অসি ফংজ-হৌবনি। ঐনা উজা অসি চহি ২ রোম খনজহৌবগী মনুংদ চিংথৈরোল

অচৌবগী লাইরোল অমম্বুং চিংসি বির কাংলোনগী মচেৎ খরগা পিবিরম্মী। লাইরোল অমম্বুং ফিথুপ অমি খুরাই অমদি লিংঙমৈদ কৈব অহল মাইব খরগীদ ফংবগা চাসিন্নদুনা য়েংহৌবগী খুদোংচাব খর ফংহৌদুনা য়াম্না ফু ভাইখি।

ভদুবু হৌজিক্কি মপুং পুংফা যাবা লাইরোল-চিংথোক খিথুপ, খোঙজোং, খোঙলৈ, খুংথম, নিংসা সাজেল সাগোল্লনা য়াওজ্বা "চিংথৈরোল অচৌবা" হায়বা অমা লৈ হায়বনিদি ইহান হান্না ঈয়াম্ব মায়চৌ অসিন ভাকপিবগী খঙনি। কাংলোন অসি মপুম ওইনা লোইনা ফাবা অহল অমত্তা থেংনবা ফংদবগী চিংথৈ পুংফ্রে হু হদুনা ঈয়াম্ব মায়চৌ অসিন ঐভোন্দ রাম্নী থৌবিখিবগী ঐন খরায় হবচাং য়াওনা চহি ৭ লোম লেপ্প লৈতনা কাংলোনসি খঙবা অহল লমল্ থেংনবকপা ভম্না-ব মথং মথং থনবা হৌরকপনি। মরম অদুনা চিংথৈরোল অচৌবা অসি পু মাং মাঙখিবা য়ানা লৈরক্লবগী হিংহৌনবগী লম্বেল অমা লমা য়ানফিরম্ব'দ লৈথিদ্রবা মায়চৌ খোকাচানবা অসিনি।

চিংথৈরোল অচৌবগী সাজেল পন্নিংগী মহুদগী পুন্সিদ ইহান হান্না ঐন হৈখিবসি "চিংথৈ-থৈহুল" অ'সনি। মায়চৌ মসামক্না মসাগী সুমাংমগুদ অহলসিংদগী খঙহৌবা চিংথৈরোলগী "চিংথৈ-থৈহুল" হায়বা মচেৎ অদু'না হাপদুনা ঐভোন্দ তম্বীখি। চিংথৈরোল অচৌবগী সাজেল ভাংকক্ক অমা ইহান হান্না ওইনা উখিবা অমদি হৈখিবা অসি ঈয়াম্ব মায়চৌগী সুমাংদনি। মতেক অসিমদি য়াম্না চেকসিন্না খঙখি- খুংকী খুংথম, থাথাইবগী চপ চাবা কাংলোন, থবোম্বী সাম্নবা, থৌপাক পোল্লাং কাংবা, থৈহুলগী খোঙজোংদ ইরোইননা চংকদবা নিংসা-কাংলোনগী চপ চাবা মওংসিং অসি ওহোক্না মচা খায়না ভাকপিরম্মী। ম'সমক্না ঐহাক্না মথা ভান অহলসিংদগী চিংথৈরোলগী খোঙ্গুল লীবা মতমদ থুনা থুনা চুপসিনবা ভমহৌখনি। মসিমক্না মুংখিবা ভারম্বা চিংথৈরোল অচৌবা অসিগী লৈথুল ফংনবা থিবদ অমত্তা ভাম্নবা পাম্বৈ ওইখি।

# ঈমালোল নৈনরসি

## (অরি-অনৌ খুৎসম্নরসন্থ)

তিংপানব—মপু সিদবগী মতৌংন ফুদোরকপদগী পানখিব, ওই-খিববু তৌংপানব নত্রগ তিংপানব হায়ন পুয়াদ সিংথাহন্দী। ইংরেজি লোলদ ইউনিভর্স কৌই, সংসক্রিৎলোলদ সংসার কৌই। মালেম-মুম্বিং-থা থরাইমিচাক অমত্ত চিৎদন চনববুনি।

তাইবং পানব—থক-খা তাইনবদ পানব, থরায়পানবসিংগী পানকম মফম হায়বগী রা'হস্থোক্ত তাইবংপানব হায়ন পুয়াদ সিংথারম্মী। ইংরেজিদ রাল'দ ওক বিইংস হায়ন খঙনরিবসিনি। সংস্ক্রিৎ লোলদ জীব জগত হায়রিব অসিনি। মুসলিমসিংন তোষন হায়নবিব দুনিয়া হায়ব রাহৈসি কংলৈলোলদ তাইবংপানব হায়রিবসিনি। তিংপানবদগী তাইবংপানবন পিকই।

খৌতাং—পুয়াদ খৌতাং হায়তুন সিজিন্নরম্লিব রাহৈ অসি মীওইবগী রা ওাংথোরকপগী খোম্থোকফম কয়াৎ অত্থু খঙনে। ইংরেজি লোলদ ভোকেল কোদ হায়ন খঙনরিব অসিনি। খৌরীচরমগী খাম্থোক্তী হৌরকফম অকক্লব মফম অমবু খঙনৈ।

### অরিবদগী অনৌবদ হন্দোকপ

(i) অথন মীপোকপসিংনা খৌপাংম্নো।
মীখোই মীহৈনবসিংন থবক তৌসন্থ।

(ii) অম্বা অত্থুদি ঈঙাই ঙাইরংচান মসেননে।
মুপা অত্থুদি চান্নরব মরুপ ওইবনে।

(iii) মপারী অপিসক্তী চরৈ হৈরু হুকপিরুখিসনো।
মচান্নপা পিক্রিবচুগী ফুরিৎ কুদাম পানবিরুখিসন্থ।

(vi) সেনখোং চুবা সাইজুম ঈগী মমঙনা য়াইফবনে।
চুবাদ তাব হুমাং মমলন মুংঙাইবনি।

(v) অসৈ লীওং সকপা হেপ্লি মপা খিবা পন্থোনে।
সৈরেংগী লৈচল খিত্নন ঈসৈ সকপ ঈপানি।

কুমহৈগী মথেল

# ঈনাৎকী কুমহৈ

— সিনামচা অপানব, কসার ( অসাম )।

সলাই পুন্সিগী সিনখিব জি. এম, হোলদ সজিফু নোংম পানব চৈরাউবগী কুমহৈ য়েংবদ হায়নিংঙাই লৈতন পেনজখি। লমদম তাম্না লাক্লগ ঈনাৎকী কুমহৈ য়েংজখিবগী মনুংদ থম্নোয়দ খ্বায়দগী হেন্না পুমতোপ তোপ্না অঙকপ অমদি পেনজব ফাওখিবসি ঐহাক্কীদি কুমহৈ মথেল অসিনি ।

কাউব ঙমলহৌইদব — চহি ৬০ হুরব অহল অমসুং চহি ১/১০ তং ঙাইবিব হুপী মচা যাওন ঈনাৎকী মমিং চৎলব চিংথৈরোল অচৌবগী মতীং ফুদোকপ সাজেলদ য়াওখিব অসিমক পুন্সিদ কাউগনি থাজদে। মসিন তাকপদি মীতৈ ঈপা ঈপুগী পুন্সিরোল সাজেলসিং অসি পুন্সিগী হোৌগৎলকপ লরুক্তগী অরোইব লরুক ফাওবদ সান্নব য়াব য়ান্না সাইন্তিফিক ওইব কাংলোনসিংনি হায়বসিনি। অউব মীপুম খুদিংন "ঐখোয়সু সান্নব য়াব সাজেলসিংনি" হায়বগী হুংঙাইব ফোংদোকপ তোন্নন তাজখি।

মসান মসাবু সক তাকপদ অমদি তিন্নিব মীয়াম্ব, মসাগী কাংলোন অমমম দিমোক্রেসন তৌহন অনৌব চহিগী য়াইফরোল পিবদসু অঙাং ৩ গী মমা ওইরবা চহি ৪০ তানখৎলক্লিবী মৌ য়াওন কন্নব মরাম হুংসেৎপ তাগী খৌসারোন চোংহন মীয়াম্ব, পুক্লিং চিংসিনখিব কয়াবুসু ঐন তান্নব কসার লমদমদ হনখিব মতমদ কাউব য়াগনি থাজদে।

সনাম্বহী লাইনিংগী লাইনিং-খূদা ১১ বু সলাই কাংলোন চিন্দমসংগী পীবা চনুরা ১৮ লোম্ন পুম্ন কাংলোনগ কোম্নন রাখল্লোন অরুবসিংবু বেকগ্রাউন্দগী রারী লৌহ্নন উৎখিবহ্রু অয়েংব মীপুম খুদিংবু মিং কুপহন-খিদে। অমুক চিক্র, লাংদন, মিং কুপ্তুন, থম্মোয চংন য়েংনব তানব অসি করিগুম্ব কুমহৈ মথেল অমত্তদ ঐহাক থেংনজখিদ্রি। মীপুম খুদিংগী পুক্লিংবু অমুক য়াম্ন লুপসিনহন্ন চিংসিনব ৱমখিবহ্রু পুন্সিদ সলাই পুক্লি-ফমগী কাংলোন ওাক্তগী দিমোক্রেসন অসিন অহানবনি। কনাগুম্ব থরদি রাখল্লোনগ লোইনন কাংলোন ময়াম মথং মথং দিমোন্সত্রেৎ তৌরকপগী তাংকক থরদ মিত্তগী পি সিন্নখিব য়াওখি। “মুংসিপ্রেদ” হায়নুব পি ঈরা চেন্ন লোইসিন্নকপদ সোম্নখিব ঐন তাজব ফংখি। ঐহাক ঈসামক লাইনিংথৌগী লাইরোল সোন্দুন পীবা চনুরা কয়ান স্তেজ মথক্ত চিংখৈরোল চোংলকখিব অমদি লোইসিনবগী লাইনিং—খূদা ১১ উৎলকখিব মতাংদ খঙহৌদন মিত্তগী পি তান্নুন লৈরমখি।

অসিগুম্নব মায় পাক্লব ওক্ত থোকখ্রব সলাই পুন্সিফমগী খুদোলসিং অসি ঐন কসার লমদমদ রাখলদ পুহন চৎখিগনি খন্নজক্লবদ ওস্থোক্র পুক্লিংদ চাউথোকচৈ।

ঈসৈ অমস্তুং জগোই—হৌগৎলকপদ লবঙ্গ লৈম অমদি মাগী কাংলুপ্ন সকপ লাইসোল ঈসৈ অমদি নমথবিহ্নবতা লাক্লব কংলৈ-খুনাই অসিবু সৈথান্নুন সকপ রায়েং ঈসৈগী পরিংসিং তসেংন পুকিংদ পেনজৈ। ঈমারোল মীরায়রকপবু সৈথারকপ, ঈনাৎপু তুংওইনরগ রাখল য়াওদ্রব লম্বেলদ সেরাম্নন চৎখ্রব মুংসিরব কংলৈচা কয়াবু সৈথান্নুন সকপ ঈসৈহ্রু অতোব পুম্নমক্ত পেন্ন এপ্রিসিয়েসন পিনখি।

লোইরকপদ "পাম্থোইবী থোঙ্গুল" পুয়াদ য়ুম্ফম ওইরগ জগোই-তন রারী উৎপ "বেল্লেৎ" অম লানথোকখি। নৌরিব পাথং লৈসাবী

ঙাক্তন যাম্ন লাইরন, ফজব ফিজোগ অমত্ত লাংব ভমদন পুখোকখিব বেন্নেং ওইরবস্থ অম্নক লুপ্রব লাইরমলেনগী ৱারীবু জগোইতন ক্ষোংদোক্ত্ন সাম্নগনি হায়বগী থৌনা অহুমদি মীয়াম্ন তসেংন উবিখি।

## লোইসিনব

থাঙ, তা, মৈবুল, চৈসাং, থৌরী কোজোয, চৈৰী, থাঙ-লাল, কাওব-থিনব, লংথব-থাদব, হকচাং কয়াৎ পুম্নমক্তা তোঙান তোঙানব সাজেলসিং, চিংথৈরোন, লাইনিং থুদা-১১, সরিৎ সরাক, লাইনিং লম্বাগী কাংলোন, পুন্সিরোন মগা (অবুক ম্নাহোরকপদগী মুমিদাং তুম্বকাওবগী সাজল পরিং) অমদি লমচং-সাক্সৎকী ফজগ্রব কাংলোন কয়া পুম্ন উব ফংব কুমহৈ মথেল অম পুন্সিদ ইহান হানব ওইন উজ্রব ফংব অসি য়াম্ন ভকপগ লোয়নন থঙনিংব হৈনিংব অম পোক্ন পুক্নিংদ মরা তাখি।

কংলৈপাক্তী ওইন অহানব উংথোকপ পুক্সিরোনগী সাংলব কাংলোনসিং, চিংথৈরোন কাংলোনসিং অমদি অমুক্ত মমাঙদ উংখিগ্রিব ইহান হানব ওইন থৌরাংখিব লাইনিং থুদা-১১ গী কাংলোনসিংবু লমদম তাম্ন লৈজব ঐন অথম্নন উজ্রব ফংজব অসিনক পুক্নিংদ তাসংন লাইবক ফবসি ক্ষাওজে। মতম পুম্নমক্ত ঐহাক্ন সলাই পুন্সিকমগীদমক চাউথোকচগনি। তম্নেন সলাই পুন্সিফম্ন ঈনাৎকী থোঙ অম তরং তরং হাংদোকপিরে। কংলৈখোল চেক্ষোংদ তস্তন পাজব কাংলোনসিংত্তু মিৎন উব ফংজবদ কংলৈখোল চেক্ষোং অসিমক মথম্নায় পান্দুন চংপগুম তক্নম তক্নম লাউব অম থম্মোয়দ ক্ষাওব ভমজরে। +

---

অনীংব লৈত্রব পুন্সিদি অয়ুক্তী লিক্লাগুম থুন মাঙখিনি তাইবঙদগী

—নিংথেম।

খুনাইসিগী থৌথোক

# লাইফমগী ঈসিং

— খুন্দ্রাকপমচা সামু, হিয়াংথাং ( রিপোর্তর )।

লাইফম ৭ কী ঈসিং পুল্লগ চৈরাউবগী থৌরম তৌবদ সিজিন্নব অমদি ঈরু ঈসেং অদুন য়ুমগী ঈসিংদ য়াল্লগ ঈরু সাদেং তৌবদ ফত্ত-হৌদি কোকই হায়দুনা "চৈরাউবগী ম সল" কৌব লাইরিক্ত ইরি। মসিল সিংতেক সিংথা পুয়াদ লাইফম ৭ পু কোনয়াম্ব চল্লগ কোম্বারোল সোন্দুন লমতাগী থাসি মুমিত্ত লাইথো পাংথোকউ হায়রি। অস্নুম কাংলোন চুম মফমত্তবু পুব লাইবু হৌদোক্লগ ঈরু ঈসে অত লোগদবনি। থৌরম পুন্নমক পাংথোকপ লোইরগ চৈরাউবগী মুমিত্ত ঈসিংসিং অসি সিজিন্নগদবনি।

মীহৌরোন্দ করম তৌরম্মী—মাঙলমচংকি য়ারীদদি লম্নাই ঈমুং মমুংদ থৌরম ময়াম অসি পাংথোকপ খুদোং চাদব মবন্ন সনাকোম্নুংতন তৌবম্মী। ঈসিং অসিবুন মরু ওইন নিংথৌ, লৈম অমদি মায়চৌসিংগ সাগোন্নব মীওইসিংতগী ওইন তৌরম্মী। মীচমসিংন থোরা ব উমজদবদগী মহুগী মহৈ অহু ফংব উম্নরমদে।

অনৌব য়াওল লাকপ—চৌজিকী মতমদদি সনা কোম্নুংনস্নু লাইফম ৭ কী ঈরু ঈসেং লৌতুন কান্নব অহু ফংহন্নবগী থৌরাংস্নু লৈগিস্রে। ময়ম অদুন তোরৈ ইরৈ চেল্লব কংলৈচাসিংগীদমক থৌরাং অসি লৌখৎপ তারকই। মীপুম খুদিংমক কান্নব অহু ফংহন্নবগী থৌরাং পায়খৎপ তারবনি। ওসিগী মালেমদদি অফব থবক অমত্ত মীওই থর-তন কনসিন্দুন থন্নগী মতমদু লোইস্রে। অফব থবক হান্নবসি মীপুম

খুদিং য়োঁহনগদবনি। য়াওল অসি চাওখৎলক্লিব মালেম অসিগী মতোমত থাংজরকপ খোঙথাং অমনি।

অনৌব য়াওলসিদ সলাই পুন্সিফম- সলাই পুন্সিফম্ন হৌথিব সজিফু নোংম পানবগী চৈরাউব খোৗরমদ মীপুম খুদিংমক লাইফম ৭ কী ঈসিং ফংহন্নবগী খোৗরাং অম লমদমসিদ ইহান হানব ওইন তৌখি।

য়াম্ন ক্সংঙাইরিবদি জি. এম. হোল মমাঙদ অস্রোগী লাই-থরুং অচৌব ৪ অমস্তুং জরকিন অথনব ১৪ গী লাইফমগী ঈসিং য়েনবদ চীংমী-তম্মী-মপান লমগী ঈচিল ঈনাও কয়া ঈসিং লৌব লাকখি। পাউনা বাজারদগী, থাঙ্গাল বাজারদগী অমদি বি, তি. য়োদতগী বেঙ্গলী-নেপালি-পনজাবী ঈচিল ঈনাউ কয়া অসেংব কোন পুঙন লাইগী ঈসিং লৌব লাকখি। চীংমী কয়াস্তু লাইগী ঈসিং লৌব লাকখি। ব্রামহন কয়াস্তু লাইফমগী ঈসিংসিং অসিবু লৌব লাক্লখি। মসিমক ঐখোয় কংলৈপাক্ত পুম্ন হিংমিন্নবগী ফজখ্রব থুদম অমনি। অস্নুম লাইনিং অমগ লাইনিং অমগ ইকাই খুম্নবগী থম্মোয় লৈনরবদি ভারতকী মস্নুংদ কংলৈ-পাক্ক খ্বায়দগী ফজব লাইনিং মথল কয়াগী তুংনফম ওইহৌগদৌরিবনি।

মসিত নত্তন হৈবোক চীংগী পুন্সিখোং মফমদ চপ চাব মফম, ঈসিং লৌফম থিনরকপদ মফমত্তুদ কোযন থুন্দারিব মুসলিম ঈচিল ঈনাউসিং ঈচল ঈচেসিং কয়ান মথৌ কাইথোক্ত্ন সলাই পুন্সিফমদ মতেং চাউন পিরকখি। লাইরেনকোন হায়হুন থায়নদগী থঙনরকপ ঈপুধৌগী মথম অসি নিংথিন ঈকোন ( পুখ্রি ) সেমজিন্দুন অমাং অসোয় অমত্ত তৌসিন্দন নিংথিন লুন তৌবিরম্বস্রু থেংনরকখি।

অমরোমদ মতম কুইন সিথক্সরব সনামহৌ লাইনিংন নৌন ময়োল চোংজরকপ মতম অসিদ কংলৈ থ্নাই অসিদ লৈরিব তোঙান তোঙানব

লাইনিং চৎপ মীওই কয়ানস্থ নিংথিন ইকাই খ্নবিবগী থস্মোয় লৈ হায়বসি হুন্দকী লাইফ ৭ কী ঈসিং য়েঙ্খোবপ অসিদগী খঙব ঙমই।

অরাপ অনক সম্বব—কসারদগী জিরিবামদগী অমদি অতৈ অরাপ্প মফমদগী লাইফম ৭ কী ঈসিং লৌব লাকখি। কংলৈপাকী মনুংদগী কিলোমিতর ৬০ গী মথক্ত লাপখিব কি' মিঃ ৪০ গী মৎক্ত লাপ্প লমদম কয়াদগী ঈসিং লৌব লাকখি। খুল খুলগী, লৈকাই লৈবাইগী মীছৎ লাক্লগ থাপ্প থাপ্প কৈরোয় লৈকায়গী লাইফম-ঈসিং অমুক হুন্ন য়েল্লনব থৌদাং লৌবিরগ লাকখিব ঈচিল ঈনাউসি.স্থ মসীং য়ান্ন লাবখি। মীছৎ ওইন লাক্লগ মীয়াম্দ খুৎথাংদ অমুক পাক সন্ন লাইগী ঈসিং য়েঙ্খোকপিনব থৌদাং লৌবিরগ লাকখিব মীছৎ ২০০ থর হেনখি।

হৌখিব কৌবরু লাইফমগী এক্সপেদিসন মনুংদ লাইনিংথৌ কৌবরুবু খুরুম লাকখিব, হৈকৎ লৈকৎ সঙ্গোম্নচিংব নিংথিন কৎলম্ব নেপালী ঈচিল ঈনাউ ঈচল ঈচে থরম্ব জি, এম, মমাঙদ লাইফম ৭ কী ঈসিং য়েনবসিদ লৌব লাকখি। বম তোংলগ য়াম্ন লাপ্প লাকখি।

চাউরাকপ চৈবাবোন—লাইগী ঈসিং লৌব লাকপিব মীওই সিংগী মনুংদ চহি ৭০ হেল্লব অহল ৩ য়াওখি, চহি ৬০ হেল্লব ৭০ গী মখা ৮০ রোম য়াওখি, চহি ৫০ গী মথক ৬০ গী মখাদি য়াম্ন য়াওখি। খ্বাইদগী নৌবদ চহি ৭।৮ তা শুরিব অঙাং ১০ হেম য়াওখি। নুপা অহল, নুপী অহল, মীয়াই চনব, মীয়ায় চল্লবী মৌসিং, মৌ নহা, লৈসাবী পাখং, অঙাং মথল নুন ঈসিং লৌব লাকখি। অরাপপ অমদি খুল খুলদ য়েল্লগদব ঈমুং মসীং পুন্ন ইনকারি তৌবদ ৬,৫০০ (ঈমুং লিসিং ৬ চামঙা) রোম্ন লাইগী য়েনখিব ঈসিং অসি সিজিন্নখি। গৌরিয়া লাইনিং চৎপ ঈপা ঈতোল ঈমা ঈবেলম্ব ঈসিং অসি থম্মোয় সেংন লৌব লাকপিখি। পুক্নিং য়াম্ন থোগৎপিরমখি।

সেলগী চাদিংদ—লুপা কোনয়াই ১০, সনা কোনয়াই ১০, অগ্রেংগী লাই-থরুং ৪, প্লাসতিক জরবিন ৭ লাইফম ১৪ থোমজিন্নগ লাইফম ৭ তা থেমগৎপ, হুমিৎ নিনি চুপ মফমসিং অসিদ ঈরাৎ থোরম পাংথোকপ অমদি কোনজন য়াইচনব, কাইগী পোংফম লাওব, জিব ১-কার ১-য়ামা ১ গারি ৩ ন হুমিৎ নিনি ঈসিং ঈরাল্লকপ--অসিনচিংব থোরাংলিংদ লুঃ ১,২২৫ ৭৫ চংখি।

ঈরৈপাক মচাসিংগীদমক সলাই পুন্সিহন্নু লেম্লাইগী ঈসিংলিং অসি যেঙ্থোকচবনি, মীয়ামগী যাইফনব থু'দাং চাননব ভমভব থরদং কৎথোকচ-খি নি। অতুবু ঈসিং লৌবিব লাবপিথিব ঈপা ঈত্তোল, ঈমা ঈবেল, ঈচিগ ঈনাউ, ঈচল ঈচে কয়ান মত্তং পিবিবমতুন চৎখিব সেল মথৈ হুনজিনবিরম্মী। অসিগুম য়াম্ন পুক্নিং থোগৎপিরম্ব ঈরৈপাক মচা পুন্নমকী মফমদ ঈকাই খুম্নব উৎচখি।

থাগৎ ব্রাহৈ - ঈমুং ৬,৫০০ য়োমদ লাইফম ৭ কী ঈরু ঈসিং য়োহনথিনব হোৎনবদ অহিং ফুমখিদব, চৈরাউবগী ঘুমিংমত্তদ ময়ুমদ লাই কৎপ চাক হেনলাং চাব ফংদন মীয়ামগীদমক জি, এম, হোল মমাংদ লুংখিল পুং ১ তাব ফাওব লৈখিব, চুংখিল পুং ৩ দগী হোৗগদব চৈরাউবগী লুংভাইরব কুমহৈ পরেংলিংদসু সরুক য়াথ মরম তুমদবত নত্তন চরাম্ন হেনগ্রব--কৎথোকপগী মপান নাইত্রব দলাই পুন্সিকমগী পীবা চন্নুরা, অহল লমল কয়াবুম্নু সলাই পুন্নেলন থাগৎ ব্রাহৈ ফোংদোকখ্রে।

"অসিগুম্ব কৎথোকপগী মপান নাইত্রব মতৌং লৈব পীবা চন্নুরাসিংগী মপান্দগী নোংমদি ঈনাৎকী মিৎকপ থোরক্লগদবনি" হায়দুন থাজব ফোংখ্রে।

---

কথোকপ হায়বদি মমল নাইদে। মী অমথ'ক বথোবমজন মুংলুরব ফুকপ অম হিংগৎলিবনি - - নিংথেম।

# "কংলৈচাসিংগী মসাম্লসিং"

লমদম অমগী মসাম্লসিংন লমদম অতূগী সক্তম তাকপদ চাউন সরুক য়াই হায়রবসিমদি মালেমসিদ চুম্লে খঙনরব তুপ্ত্ৰ্ন লৈরব অচূম্ব অমনি। চিনাগী কু ফু, জপানগী জুদো, থাইলেন্দগী থাই-বোক্সিং নোংচুপলোমগী ফুৎবোল-বোক্সিং-রগবী, নোংপোক্কী কিগোং মসা মসাগী লমদমতুগী মসক তাকপদ চাউন সরুক য়ারক্লি, য়ার্ম্রি অমস্তুং য়ারকথিগনি।

কংলৈপাক ( হৌজিক্কী মনিপুর ) মসাগী মসাম্ল কয়ামরুম লৈরব চাওখৎলোন অমগী পোক্লফম লমদম্লি। সগোল কাংজৈ, মুকী লাকপী খোঙ-কাংজৈ, মুক্না, সরিৎ-সরাক, থাং-তা, থেংগৌরোন, হুয়েন-লাংলোন, পুন্সিরোন অমস্তুং কাং ( ইন্দোরগেম ওইন ) সান্নবগী তাইবংদ মমল য়াম্লব খুদোলসিংনি। মসাম্লসিং অসিন কংলৈচাসিংগী খোইজেল লিংজেল, রাখল্লোন, মনাৎ অমদি চাখৎলোনগী সক্তম লেম্লদ চাউন সরুক য়াহুন লাকই। ঙসিস্তু মসাম্লসিং অসিন মীওইবগী মরক্ত কংলৈচাসিংগী পুন্সিরোনবু মসক তাক্কদৌরিবনি।

মালেমসিগী মসাম্লসিংগী মরক্ত ঐখোয়গী ওইব মসাম্লসিং অসিবু মসক তাক্ত্ৰ্ন ফুরুপ অসিগী মসক তাকপদ মমল নাইজ্রব খুদোল অম ওইগনি।

সগোল কাংজৈ – ফজত্রব লমজেল য়াংব লানদ মরু ওইন সিজি-নব সা অমগী ময়াংদ তোংলগ হৌনবী ফিজেৎ সেত্ত্ৰ্ন কাংছ পায়হুন কাংক্রুম সান্নব পনজন (পনচন) চন্নব হায়বসি মালেমসিগী চাওখৎপ পাম্ব ফুরুপ থুদিংমক্তু হেক উবদ তম্লিংই, সান্নিংই। মুপা থোকপ মসাম্ল অসি সিলচরদ মৈতৈদগী তমহুন নোংচুপলোমদ সগোল কাংজৈগী মসাম্ল অসি

হৌদোকখি। মীতৈসিংন সান্নবদগী তমহুন ব্রিতিস মচাসিংন মরৈবাক্ত লৈপ্রুগ "তেন হুসার্স" কৌব সগোল কাংজৈগী সান্নরোয় ক্লব সিংথংখিব অসিন ঙসিগী মালেমসিদ সান্নরিব সগোল কাংজৈ (পোলো) অসিগী অহৌবনি। মথংদ আমেরিকাদ, অস্ট্রেলিয়াদ, রুসিয়াদ মসান্ন অসি মথং মথং সন্দোকখিহুন ঙসিদি মালেম পুম্নমক খঙনরব মসান্ন অম ওইখ্রে। কংলৈচাসিংগী সক্তম তাকপদ মমল নাইদ্রব পাম্বৈ অম ওইখ্রব সগোল কাংজৈগী ৱারী অসি মালেমসিদ থ্বাইদগী মমিং চৎপ লাইরিকসিংগী মরক্ত অম ওইরিব 'এন্সাইক্লোপেদিয়া ব্রিতানিকা" "এন্সাইক্লোপেদিয়া আমেরিক" অসিনচিংব লাইরিক ১০ হেনবদ ফোংদোকখ্রবনি। হোৎনব ৱাৎপদগী কংলৈচাসিংন ওস্থোক্ল সোন্ন মমি সান্ন লৈখ্রবফাওবদ মালেমসিগী মসান্ন অমদি সগোল কাংজৈন ওইখ্রবনি। ঐখোয়ব হোৎনরবদি অমদি লমদমসিগী লৈঙাক লোয়সংন পুক্নিং চংবিরবদি সগোল কাংজৈন কংলৈচা-সিংগী মসক তাকপদা হায়নিংঙাই লৈতন থৌদাং লৌরকখিগনি।

সগোল কাংজৈদ কবি থর্ননিংঙাই লৈঃ—সগোল কাংজৈ অচম্ব মসান্ন অম ওইবত নত্তে। মঙোন্দগী খঙনিংঙাই উনিংঙাই য়াম্ন লৈ।

(i) সগোলগী নৈনরোন অম চাউন লৈ। সগোল মসক্ত খোঙ-দাংব, লৈফোন, সনাবী, মোরা, ভুমনৌ-খোঙদৈ, কোনা, কাব্রং, মঙ্গব, ভিনসিং, কোরি, অৱাংব, নত্রং, কারুব, হায়হুন কুপ্প থায়দোকই। মসিন সগোলগী লৌসিং সাগৎপদ মপুং ফাহল্লি।

(ii) সগোলগী মরাইপক্ত "লাইসি" লৈরবদি অফব সগোল চিংই। পিদাফম য়ৌখ্রবদি লাইসি অসি পাংদে। সনথিনফম সোক্ল লৈসি চংলবদি সা-লান, সগোল কাংজৈ সান্নবদ সোকল্লি ফত্তে—মখোঙ-লোমদ হায়দোক্ল লৈসি চংলবদি কৈ। খুত্নং কিসি লৈব সগোল কৈ, খুম্নাং কিসি লৈরবদি সগোল মপুদ অৱা অনা নংই। মরৌ লৈব মপুক

লেংদৰ সগোল খল্দোকে হায়রবদি মনা অনিগী কারক নত্রগ নাথোঙ ২ দা চাং মান্নদন লৈফম কায়ন—"লৈকোয়" চংব য়েংগনি। অসিন-চিংব অহকপ লৌসিং কয়া মরোন নাইন লৈরি। লৈকোয় চংবগী অক-ক্ত য়াম কুপন খঙগদব লৌসিংগী মথস অসিদ য়াওরি।

(iii) লাইনিং লম্বীগী লাইগী মমিং কয়া সগোল কাংজৈ থৌরকপগী রারীদ য়াওরি। সগোলগী মসাদ সগোল-কাংজৈগী কাংজৈবুং হেক থোরকপদ—লম্বার তুম্বাব লমসেনব তুমেনবন খুমাং খুজুং পুই, খয়াংব লাইন মচিলদ তোংই, রাংব্রেন লাইন মনা ২ পুই, অভিয়া সিদবন মমিং ২ পুই, ময়াংলেন্দ তাউরোইনাই পাথংবন তোংই, মমৈন থাংজিং কোয়-রেল্লাইন তোংই। অসুম লাইনিং লম্বীগী লৌসিং কয়াসু পাক-চাউন য়াওরি।

(iv) চিংউলোন ( ফিলোসোফি ) অমসুং কাংলোনগী ( সাইন্সকী) মচল কয়াসু য়াওরি। সগোল-কাংজৈদ সান্নরিব কাংদ্রুমগী সজুম মুমিংপু মহুৎ সিল্লি। কাংহু অহুন নেগেতিভ-পোজিতিভ পা-পী (মেসকুলিন ফেমিনিন), লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী ( পুরুস প্রক্রিতি ) গী অকুপ্প কাংলোন তাকই। সান্নরোয় ৭ না মুমিংকী মঙালদ য়াওব মলেক-মঙাল ৭ প খঙই। পনজনকম তান্না কাংদ্রুম অমদি সদন্নরোয় ৭ না চেনসিনববু সোলার সিস্তেমসিদ মুমিং চৈচংলোনগী নেচরেল কেলেন্দরবু খঙহল্লি।

(v) মসান্ন অসিন থাং-তা, লম্বু-লাংসোই, অরাম্বাই তেন, হকথং তা, তারোন-তা সিজিন্নব ঙমহন্নব কাংলোন কয়া অমসু থুপ্তুন থল্লি। মসান্ন অসি মীতৈগী সগোল লানমী পুন্নমকী (কেভেলরি গ্রুপকী) তংন থানব য়াত্রব লান্দম্বগী কাংলোন অমনি।

## থোঙ-কাংজৈ :—

খোঙ-কাংজৈ চহি ২০০০ হেল্লব মসাম্ন অমনি। নিংথৌ কাংবগী মতমদ মসাম্ন অসি মীহৌরোনগী চেনাদ চংব হৌরে। মসাম্ন অসিন মীহৌবানগী তাংকক অম তাকপন্ত নত্তন, মতমতুগী চাওখংলোন তাকই, থুনাই অহূপী হৈ-সিংব-রাখল্লান-চৎনরোন-মন'ৎপু তাকই।

মুক্না কাংজৈদ কাংজৈ সা'ম্নবগী কাংলোন্ত নত্তন মুক্না (ট্রেদিসনেল রেসলিং) হায়ব সরিৎ-সরাক্কী মমিং লৈরব কা লোনগী চাউরব সক্ক অম য়াওরি। মসাম্ন আসদ অপ নবগী সক্তম (তিম-স্পিরিৎ), পাঙ্গল, লৌসিং, থকসি-খাসি (দিসিপ্লিন) লমজেল য়াংব, সরিৎ-সরাক হৈব, মিৎ না সিংব, মুপা থোকপ, লৌ খঙব—হায়রিব লৌসিংগী মায়কৈ কয়া অসি য়াওরি। মসিমক্ন কংলৈচা হায়রিব যুরুপ অসিগী চাওখৎ-লোন অমগী মমি নিংথিন মুক্না কাংজৈগী মসাম্নদ তাই।

মুক্না:—মুক্না কংলৈপাক্কী ওইব তোপ তোম্ন রেসলিং মখল অমনি। জাপানগী সোমো-রেসলিংদগী দি লৌগী কাংলোন কুপ্ন মুক্নান হেল্লি। মসিদ পাঙ্গল, উইব (স্তেমিনা), মিৎ-না সিংব, থৌগল্লোন, নিংসা-কাংলোন, সরিৎ-সরাক্কী সক্ক চাউন য়াওরি। মসাম্ন অসি চহি ২০০০ হেল্লব কোবরু চৌংগী রারীদ য়াওরক্লব অরিব ঈনাৎ অমনি। লোংখুরৌ, নিংগোং, চেপচিং, খোঙচেপ, খুদোং হাইফু, খুদোং কাবী, খুদোং পুথংপ, কম্নাক কোংপী, খুকন্ত থৈবী, লোং খুরৌ থকইন, অনি কোংপী, করাং-লিংপী, লৈনম, খুদোং অপাইবী অসিনচিংব কাংলোন কম্না লৈখ্রে। লংনব লাক্ন-কানবগী তাইবংদ মুক্না হৈব মী অমদ তরাই তরাইব কাংলোম্ন চংলূব রারগদব মসাম্ন অমনি। ওসিফাওব মুক্নাগী মপান্দগী মীপিকপ কংলৈচানিংগী মনাক নকপ অতৈ ফুরুপচাসিংন হঙোইনরিবনি। মসি ফুরুপ অমগী সেংলব সক্তম অমনি।

য়ুবী লাকপী—নোংচুপকী রগবীদগী য়ুবী লাকপীন কাংলোন্দ য়াম্ন হেম্ন কুপ্নী। পাঙ্গল, সরিৎ সরাক, লমজেল য়াংব, মুক্না, উপু-খৈহু-

লোংদা কয়ামরুম চংই। অয়েংবগী মিত্ত তুংঙাইগ্রব মসাম্ন অমনি।

থাং-তা—থাং-তাগী কাংলোন্দ কংলৈচাসিংগী কংলোন অসি খোঙকমদ, খুৎফমদ, ফিথুপ্ত, খুজেংদ, লাম্ফেপ্ত চাং তাগদবগী অহোব অমম পুথোকপ ঙমগ্রিব মসাম্ন অমনি। অতোপ্প কুরুপকী মীন মসীং নাইদন থাগৎখ্রব লমদম অসিবু মসক লেংন তাকপ ঙম্ব মসাম্ননি। তাগী খো মরাম মুংসেৎপ, মরাম মচা, কবুই খো, তাংখুল খো হায়তুন খো কয়, চীংমীগী মিংদ থমলিব চীংমী তম্মী অমত্ত ওইবগী সত্তম্ মুম তাক্লিব অপুনব খোৗরী লংমুং অম লেংন ওইরি।

তুযেন লাংলোন—কাংলোন কয়ামরুম পুল্লব সাথেং লাম্হেংনবদ মায়থিব লৈরকত্রব তাংলব কংলৈচাসিংগী ওইব মসাম্ননি। মীতৈগী তুয়েন লাংলোন অরিব মীহোরোনগী অকোয়বদ লৈরিব লৈপাক পুম্নমক্ল সীংথাত্নন লাক্লব চহি লিসিং কয়াগী মমাংদগী কংলৈচাসিংগী সত্তম তাক্তুন লাক্লব মসাম্ননি।

কাং—সংলুং-মসাম্নদ ( ইন্দোর গেম ) মীতৈ কাং মমিং চৎলি। মীহৌরোনগী রারী কয়াদ কাংগী লাতম থরদি কন্দব ইয়ামক য়াররোই-দবনি। কংলৈরোন কয়াদ কাং সান্নবগী মুংঙাইরব সীংনব কয়া চাউন য়াওরি। মসাম্ন অসিন ভারত লৈঙাক্কী মিংয়েং চিংসিনব ফাওব ঙমগ্রবনি। কংলৈচাসিংগী ইন্দোর গেম "কাং" নেসনেল গেমসিংগী থাক্ত থাঙ্গৎপত নত্তন ওলেমপিক্ষ গেমসকী থাক্ত ফাওবদ থাঙ্গৎনবগী লম্বী য়াম্নরক্লি। মসাম্ন অসিন তাকয়েলদ সাগৎলিব এন, আই, এস, কী সাম্ন-কোন অসি লোইরুকপদদি লমদম অসিগী মসক অম লোয়ব লৈতন তাক্লগনি।

রারোইসিন—থরদং পনজরিব মসাম্নসিং অসি নত্তব মুক্না লেংদাইগী, তেনগী, অরাম্বাইগী, সা-ফা কাংলোনগী ( নোংচুপকী সন-ঈরোই কাবগী

হাংপগী কাংলোন অহুগুম্বদগী হেন্ন কুম্মী, উরাউবী, ফিবুল হাবী, অমাং কৈরোই, রা-হায়বী, নম্ববী, শুক লংব, শুং হুনব, লকু কাবী, লমজেল, সেবতি কুইব তাম্নব, থবী ফুকপী মাইরেন ফুকপী অসিনচিংব অকনব কম্না মহৌসাদগী ওইন হিংলক্লি। মসাম্নসিং অসিন নিংথিন ফেমগৎপ গুম্ব মতমদ মমল নাইড্রব কংলৈচাসিংগী খুদোলসিং ওইগদৌরিবনি।

ফুকপ অমগী মতীং, ফুরুপ অমগী রাখল্লোন, ফুরুপ অমগী মনাৎ-চৎন লোনচৎ, মথম্মোয়, খোইজেল লিংজেল, ফজব, লৌসিং, হকচাং ফবগী থাক, খুনাইগী মসক অমম্মুং সাংন সাগৎলকপ মীহৌরোনগী পরিং কয়াদি ফুরুপ অহুগী মসাগী ওইব মসাগসিং অহু উরগ য়েংলগ মসক খঙগ-দৌরিবনি। মরম অহুন তথৈ মসাম্নসিংগী মরক্ত মমল য়াম্নব কংলৈচা-সিংগী মসাম্নসিং অসিসু লৈঙাক লোয়ুমং অমদি সাম্নরোয়সিংগী অমত্ত ঙাম্নব পুক্লিংগ ইরোইনন ইরৈপাক মচা পুম্নমক কম্ন সেমগৎলক্লবগী মতম অহু ঙসিদি ওইরবনি। অরাং নোংপোক ভারতকী ওইন ইম্ফাল তাক-থেল লমপাকপু নেসনেল ইন্সতিত্যুৎ ওফ স্পোর্তসকী (এন, আই, এস, কী) সেন্তর ওইন খনবিরক্লি। মসিমক সাম্নবগী লমদ মসক নাইগদব মফমনি হাম্নবগী ভারতকী লৈঙাকলোন্দ রাখল্লোন অমদি লৈরম্ব য়াই হায়ন খাজবদ খোইন লাল্লোই। ভারত লৈঙাক্ত লমদম অসিগী সাম্ন-রোয়সিংবু পুক্লিং থৌগৎপিব অসিদ কংলৈচাসিংন ইসাগী মসাম্নসিং অসি খুদোল নিংথিন তম্ব ঙমহুন ভারত-লৈঙাকলোনবুসু পুক্লিং থৌগৎফম থোকই। মহুন কংলৈচাসিংগী সক্তম মসক তাকপত নক্তন মালেমসিদ ভারতকী সক্তম মসক তাকপ ঙম্নকনি। ★

---

ফুরুপ অমগী অরিব মসাম্নসিংদ ফুরুপ অহুগী থুম্নাইরোইসিংগী চাউখৎলম্ব ১দি হৈ-সিংলম্বগী মমি নিংথান অই—নিংথেম।

কাংলৈপাক য়াংমগী লাতম

# ঈপানাং ঈপ্পনাগী করেম কথাইনগনু মীতৈ ময়েক্ক সীংনগনু

—সিনাম চম্মু লৈমতোম্বী
কসার-চন্দ্রপুর।

মনিপুরী সাহিত্য পরিসদ অসামগী মপোক কুমওন ডাকপগ লোয়নন চহীগী মীফম ১৯৮৭ কী ওক্তোবর ২০ অমসুং ২১ দ হুমিং নিনি চুপ্প আর্ল হায়র সেকেন্দরি স্কুল লখিপুরদ পাংথোকখি। ইকাই খুম্মনিংঙাই ওইরব ভারত লৈঙাক লোয়সংগী মন্ত্রি আর, কে, জয়চন্দ্র (হৌজিক্ক মনিপুরগী চিফ মিনিস্তর ওইবিরিব) অমসুং মনিপুর লৈঙাক লোয়সংগী মন্ত্রি তিএইচ, দেবেন্দ্র অনিন অখোইব মীহুৎ ওইন লেংবিরক্লুন মীফমদ সরুক য়াবিরখি। লোয়নন ইম্ফালগী মনিপুরী সাহিত্য পরিসদ নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমসুং মুতুয়া মীউজিয়মসু সরুক য়াবিরখি।

মনিপুরী সাহিত্য পরিসদ, অসামগী মীফম অসিগ মরী লৈনন নহারোল খোয়িরোল সীঙ্গুপ, লখিপুরগী খোরি লোনগৈন সিন লাৎত্নুন হাংদোকখিব Book Exhibition মসুংদ কংলৈখোল, খনওই য়াংওই লেরিং পুয়া, অহৈঙে কংলৈপাক মনিপুর নত্তে, খোরম পরেং অসুব, নুপী লাল অমসুং মীতৈ ময়েকীদমক অথুম্মন কংলৈপাক কংলৈলোল কংলৈ ঈয়েক, কংলৈ ঈয়েকী য়ারী, কংলৈ ঈয়েক ঈপি, কংলৈ ঈয়েক মপী লাইরিকসিংসু চাউন সরুক য়াখি।

পরিসদকী নিনি চনব চৈচৎ ২১ গী অফোংব মীফমদ মপান মনিপুরগী মফম কয়াদগী লেংবিরকখিব তোঙান তোঙানব লূপ-লূপসাসিংগী মীহুৎ-সিংগ "কংলৈ/ মীতৈ ময়েকী মতাংদ তকলিন্দুন অচুম্ব অসেংব পাউখুম

অমসুং পামজদুনা য়াম্না খোরাংনা হ ব রাহংগী পাউথমদ ঈস্কালদগী লেংবিরকখিবা মনিপুরী সাহিত্য পরিসদ, ইস্কালগী প্রেসিদেন্ত আর. কে, ঝলজিৎ সিংহনা মীতৈ ময়েক এক্সপার্ত কমিতিনা মীতিঙ কন্নারক তৌদুনা য়েংনবা অমস্তু য়াওদনা লেপখ্রবা অমসুং মনিপুর লৈঙাক লোয়নসংনসু লৌখৎখ্রবা কংলৈ। মীতৈ ময়েকপু হন্দুনা সিঙনবা ইকাই খুম্নিংঙাই ওইরবা মন্ত্রি অনিগী মমাংদা ঙাংখিবদু তসেংনা মনিপুর লৈঙাক লোয়সংগী মায়াক্তনি। লেপ্তুনা লোইখ্রবা কংলৈ। মীতৈ ময়েকী হুচুম্ব অসেংবা খোঙজংগী চাউথং পাউ তানিংবনা খোরাংনা ঙাইহ্রিবা অসামগী, ত্রিপুরাগী, মিজোরামগী কংলৈচা লিসিং লিসিংগী অমসুং লুপ-লুপসা সিংগী মাংমন্দ চাউরবা নমথাক অমথক তৌবিদুনা স্কোলারগী খুদম পিখিবদু তসেংনা ইকায়নিংঙাইনি। মীতৈগী ঈপানাৎ-ঈপুনাৎপু সিংনবনি করেম কথায়নবনি হায়দবা ঙম্মোই।

অসিগুম্ব মমল য়াম্লবা লৈবাক মীয়ামগী সেংলবা খোঙজংদা মনিপুর লৈঙাক লোয়সংনা য়াৱবা মতুংদা গোভর্নমেন্টগী মিংদা থোকপা ওদর্ govt. of Manipur, Secretariate Education depertment order No. 1/38/SSE/78, Imphal the I6 th Nov / 78 গী মতুং ইন্না মীতৈ ময়েক এক্সপার্ত কমিতি অসিনা চৈচৎ ১। ১২। ৭৮ ইংগী মফমদগী হৌদুনা মীফম ২৪ রক তৌদুনা পুর্য়া কয়া নৈনদুনা কুপ্পথন্দুনা অমসুং মতমগী কালোন ওইবা ঈসাগী সক্তম ঙাকপা ঙমগদবা লোলগী কাংলোন্দ থ্বাইদগী মরম চান থিজিন্লবা মতুংদা চৈচৎ ৩১। ৭। ৭৯ ইং ফাওবা মীফম চথরগা অরোয়বা ময়েক্কী রারেপ লৌদুনা চিফ মিনিস্তর (য়াং মাসো সাইজা, গী বাঙলোদা প্রেস কনফরেন্স অমগা লোয়ননা লৈবাকী অথঙবা অহে লোয়সংগী মকোকসিং কৌদুনা চৈচৎ ৬। ৮। ৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ১০-মিনিৎ ৩০ তাবদা ফমখিবা মীফমদুদা মতমদুগী চিফ মিনিস্তরগী খুত্তু মীয়াম খঙনা থুং সিন্নখিবদু ঙসিগী মনিপুরী সাহিত্য পরিসদকী প্রেসিদেন্ত আর, কে, ঝলজিৎ সিংহনা কাউবিখ্রমাল্লে।

এক্সপার্ট সিংব থা ৯ চুপ থমহনু গোভর্মেন্তন লৌখৎলগ approval order No. I / 2/1978-SS/E, Imphal, the 16th April /80 ( vide, Manipur gazette no 33 of April 22, 1980 ) গী মতুং ইন্ন মহৈ তম্ফমসংসিংদ Class VI কী লেভেলদ ইমপ্লিমেন্ত তৌনব হায়রন থোকপ order No. the educationdepart ment govt. of Manipur,vide order No. I/2/78-S/SE, dated, Imphal the 19 th January/83 বু অমুক্তং ফাওব নীংসিংবিরমারে।

আর, কে, বলজিৎ সিংহগী রাহৈদ, চৎলিব মীতৈ ময়েক্কী মাইয়োক্ত চমলিবমথৈ য়েংকনি লেম্ন থারোই হায়বসিমক তসেংন হায়রবদ মীতৈ-লোলন ঈমালোল ওইরিব কংলৈচা লিসিং লাথাগী য়েক্রবনি অমসুং ফুরুপ অসিগী ময়েক্ত সিংনবনি হায়নিই। লৈঙাক লোয়সংন লৌখৎত্রব মীতৈ ময়েক্ত সিংনব হায়বসি মীয়ামগী য়েক্রব ওইবত নত্তন লৈঙাক লোয়সংগীসু ং ক্রবনি হায়বসিমক বকফম লৈত্রবনি। রাফম অসিমক লৈঙাক লোয়সংন মীং য়ুং চংসিনবিফম থোক্রবনি হায়জনিংই।

১৯৫৮ ইংগী লৈবাক্কী থাক্কী ময়েক লুপতিন, ১৯৬৯ গী ময়েক্কী কনফ-রেন্সকী কমথৌ ৬৪ গী মথক্ক পন্দিত ২০, ১৯৭২ গী সরকারন সিনব ময়েক্কী সেমিনর অমসুং, ১৯৭৬ কী রাইতরস কনফরেন্স কযাদ রাথল্লোন অমত্ত ওইন পুন্নমক্ত লৌখৎলম্নব ময়েক ১৮ গী য়ুক্ষমদ লেপত্রব লোয়সংগী এপ্রোভেল কংলব চৎনত্রব মীতৈ/কংলৈ ময়েক্ত সিংনবিগনু। অচুম্ব পাউখুম থোরাংলিব মপান লমগী কংলৈচা লিসিং লিসিংদ নমথাক্কী লাংলোন তৌবিগনু। অচুম্বন মাইপাকপ ওইরসনু। *

---

লাতম অসিদ কংলৈপাক রাংমগী ঈনাংকী থোথোক রাথোক মরী লৈনব রারেংসিং ঈরৈপাক মচাসিংন থাবিরকউ। ফোংদোকপিরকপ মত্ত খুদিংমক অইব মসাগীনি।

## পুক্নিং কাংলোন নৈনব

# খুৎনম-মিং সহিন মীহুব্ন খঙহন্নি

—থোইবী লৈম।

মী মীগী তোঙান তোঙানব খুৎনম-মিং ( সহি) লৈ। তোম্ব কোব মী ১০০ মাগী মাগী খুৎনম-মিং ( সহি ) তোইনবদ খুৎই অমত্তা মানরোই। চপ মান্নব মিং "তোম্ব' হায়বসি ইব মতমদ তোম্ব কোব মী ১০০ অহু অমগ অমগ মান্নরোই। মসাগী খুৎনম-মিং ইবদ মাগী মাগী পুক্নিং অমসুং রাখলগী মমি ভাগনি। খোয়জেল লিংজেল, পুক্নিগী পান্দম, হৈনবী, রাগলগী মওং মযাম অসি মায়দবগী মতুং ইন্ন মসা মসান তোঙাখোক্-কপ খুৎনমমিংদ ( সহিদ ) মাগী মাগী পুক্নিংগী তোঙান তোঙানব মমি তাগনি। মসিবু মসাগী খুৎনম-মিংন মী অহুবু মসক তাক্লিবনি হায়ন খুৎইরোন ( গ্রাফোলোজি ) খঙব মীওইশিংন নৈনরি।

খুৎনম-মিং লোৎপ য়াদে—মী অমগী মসাগী খুৎনম-মিং হায়বসি য়াম্ন মরু ওই। মী অহুগী খুৎই অহু লোঙ্গুন কম্ব য়াই। মান ইব খুৎই অমত্তা মীওোম্ব উহন্দব য়াই। তোইগুরম্সুং মাগী খুৎনম-মিং ( সিগনেচর, সহি ) অহুবুদি খক লোৎপ য়ারোই। মরমদি মী অমগী পুক্নিং পোৎ অম লৈব, পোৎ অম য়োনব, সেল ফবে, রাখোক-লাক্লোক লাকপ, মিং চনব, দোকাম্যেন্ত অম মসান ফংলে খঙহনব মতমদ মী অহুগী খুৎনম-মিং ইদব স্নুকয়ামক য়াদে। মী অহুগী খুৎনম-মিংনে মী অহুবু সেংলে হায়ন মসক তাকদোরিবনি।

মরম অহুন মী অমগী খুৎনম-মিং অসিন পুক্নিং থ্বাইদগী তোঙান শিজিমব মসাবু মসান মক তাকচনবগী থ্বায়ন খঙনব পাংবেনি। মসাগী খুৎনম-মিংবু লোৎকে খল্লবদি মাগী পুক্নিং থবক অমম্ব কয়া পাংখোকপ য়াররোই। মসাগী সেলফাওব মসান ফবে য়ায়রোই।

**অতৈ পাম্বৈ কংজ্রবদি**—মী অমবু মান ইরিব লাইরিক ময়েক অমদি থুংইদনী ঐমবা মীসক্তো থুগোক্তে হায়রবদি থুংনম-মিংদ য়েংবন থাদ্বনগী নমী। অতৈ থুংইদি পাক হেক উব ফংগদে। থুংনম-মিং ('সিগনেচর') হায়রবসিদি মফম কয়াদ লায়ন ফংব ওন্মী। পোং লৈব-য়োমবগী য়ান-চেদ য়েংবতদনু মী অহুবু নৈনবগী থুদোংচাব থংই। মরম অদুন অতৈ পাম্বৈ অমত্তু মংজ্রব মতমদ মী অমবু মহাক্কী থুংনম-মিং নৈনবগ-য়নক থওব য়াই।

**থুংইরোন গ্রাফোলোজি নৈনব**—থুংইরোন (গ্রাফোলোজি) মতমসিগী কয় নৈনবক্লিব কাংলোন অমনি। থুংই উবগ মী অহুগী মসক থকব হায়বসি মীপুম থুদিংন হৈনিংই। মুপীসিংন মাগ তিমনিংব মুপাসিংগী পুক্চেল, পুন্সিগী মওং, য়াথলগী মওং, থোয়জেল-লিংজেল মসক থওনিংই। চাং থয় তাথরবনু মুপাসিংনমু মুপীসিগী পুন্সিগী মওং থওনিংই। মরূপ মসেল চের্কাসিম তিমগে থলবদি য়াথল মসক থওনিংই। মীওইব মসেল অমগ অমগ কনান কনা'না হায়বসি হাযদোয়জবনু অচু-ম্বক থওননব হোংদৈ। পুমনক থুংই রোন (গ্রাফোলোজিন) লমজিংব ওন্মী।

মকম অমদ মত্রগ অমদ উব ফংব মী অহুগী থুংনম-মিং (সিগনেচর) অসি নৈনবন হায়রিব থওনিংলিবহ্ নৈনবদ খ্বাইদগী থুদোং চাই। মরম অদুন থুংনম-মিংগী থুংইরোন নৈনবসি মীপুম থুনিংন থওনিংই, পাম্মী। মসিমক্ত থুংইরোন নৈনব মী লোংম লোংমগী মাংলেমসিদ হেনগংলক্লিবনি।

**থুংনম-মিংন তাকপ**—থুংনম-মিং অসি পাক য়োংব নাইদে। মহুবু চহি থরগী মতুংদ মওং হোংলকপনু য়াওরকই। পুক্নিং-য়াথলগী মওং হোংলকপগী মতুং ইরু সিগনেচর অম ইকদনু চহি থরগী মতুংদ মওং হোংলকপ লৈ। চাওরাক্ক থওব য়াব কাংলোন থয় নৈনহ্নে য়েংসি।

হায়ন লৌবদ লাম্নয়োই। ঙৌপাক লৈতন লমচৎ মওং হোংগনব মী অম মহাক্ থক ওইনিংলোই।

অসিগুম মীসকসিং অসিন মসাগী পামজবব, হৈনদব কয়া লৈবক্তু মীতোপ্দ ময়েক সেংন সেংন থগুহনগনি। অকক্নব মী অম থক ওইগনে।

(vii) ইংরেজি T গী মকোক ককপদ থেক খোয়ন লৈজেং তৌহ্নব কল্লবদি মীসক অহু পুল্লিদ হান্নগী মওং লোগনথ অনৌ অনৌব পুশি মথলদ খোঙদাগন্দব ওইগনি। নত্রগন মাঙদ উব পোৎসিংদ য়াম্ন থম্মগনব ওইগনি।

(viii) ইংরেজি "e" ময়েক ইবদ মবুক থম মতুম তারগ্ন ফুলৈনন অমদি য়েক্ত ওম্মগ্ন ইরিব মীসক অহু মতিক চাব অমদি অনৌব পোৎথোক পিব ওব পাজল চেনগনি। "e" ময়েক ইবদ "g" ( ইংরেজি খি মসিং ময়েক ) মাম খুৎকোন কোইরপ কোইরপ কোয়ন ইরবদি মসান পেম্মোকচব বাথল মকা লাম্ব ওইগনি।

মীওই কয়া অমদি ময়েক পাব থোকহন্দন মসাগী খুৎনম মিং ইন্নব হোৎনবনু লৈ। অতৈ ময়েকসিংন পিক্ত চাংচত্ত ইরগ অথয়ব ময়েক অমথক্তী মপাদ থক্ত চাউথৎন, সাংব হেনগৎহন্নগ ইবনু য়াওই। ভায়রিব পুন্নমক অসি মী মী অহুগী বাথল অমদি পুকচেলগী মতুং ইন্ন থোরক্লিবনি। খুৎনম-মিং ইবদ খুৎ ফজব খুৎ ফজদবন বাথল ফব ফত্তব থায়ব য়াদে। মরোন মরোন নাইন লৈরিব খুৎইবোনগী গ্রাফোলোজিগী ফাংলোনসিংগী মত্তেন খুৎইসিংদগী মীসক মীওং লেপকদবনি। *

---

লাইপোক হায়বসি হোৎনজবদি পোক্তে। অয়াংব অনীংব অমবু পাংথোকপদগী লাইপোক ওইথিবদি য়াই। — নিংথেম।



## নহারোলগী লাতম

## সাজেল সান্নবন নহা ওইথোকহল্লি

— পি, ভাডোম্ব নিংথেম।

হকচাংবু তগাং তগাং তেক্ক থমগে পুন্সি মুংসাংনা লৈগে হায়রবদি সাজেল সান্নব মথৌ তাই। সাজেল সান্নবন অহল খুন ওইসিনহন্দে। মীয়াম চন্নব অমম্বুং অহল ওইরবসিং ফাওবন সাজেল সান্নরগ নৌথো-রকই। পুন্সিদ সাজেল অমবু চাং নাইন সান্নরবদি মহক্কী মহৈদি সোয়দনা ফংলে।

পুন্সিদ সাজেল সান্নহুন হকচাংবু সেংনা মতীক চাব হকচাং অম ওইহন্দুনা থমগদবনি হায়বগী রাখল লৈত্রবদি মাতনবগী মসক্কি। খুন্নাই অমদ হিংলিব খুন্নাইরোয়সিংনা রাখল অসিবু লৈত্রবদি খুন্নাই অহুম চাউ-খংপ থিল্লগদবনি। অহুম্ভম্ব খুন্নাইদ্দগী মতিক চাব নহারোল থোরকপা পতনা ফংলোই। চাউখংপ লৈবাক খুদিংমক্ক সাজেলবু য়াম্ন চেকসিন্ন লৌনম্নিবসিনম্নু মহক্কী পাউখুমনি।

ঙসিগী কংলৈ খুন্নাই :—অহুবু ঙসিগী কংলৈ খুন্নাইদি হিরম অসোমদম্নু হায়নিংঙাই লৈতনা সোখরে। তুংগী য়ুম্নীমেল ওইগদৌরিব খুন্নাইসিগী পিবা-চন্নুরাসিং সাজেল সান্নবগী রাখল পাক্তনা লৈনহ্রে। তলেংনা লাইবক থীবনি। নহারোলসিংনা হকচাং অচুম্বা মতীক ফম্ন

লৈরম্ না ফুংগী মীরোলদ রাখল-লৌসিং চাউখৎপ অক্কব মীরোল অম ওইরক্কনৌরিবনি। লাইপোক কয়া থোরক্লুনা অক্কব চাউখৎপ খুম্নাই অম লেমগৎলক্কনৌরিবনি।

মরম অদুন মালেমসিগী চাউখৎপদ থম থোক্লেব মতমসিদ ওসিগী কংলৈ খুম্নাই অসিগী নহারোলসিংন সাজেলবু য়াম্না হক লৌকম থোক্ল-বনি। মপাম্না কাব চিনজাক চা-থক্লুনা পঙলেন্দ লেপ্পোক্লগী মতম নত্রবনি ঐ অম অরেম্বদ মাঙখিবদ খুম্নাইসিগী অচৌব অমাঙব অমনি হায়বসি থক্লব খিনমল্লবনি। ঐখোয়দি মীসিং য়ামজদব ফুরুপ মচা অমনি হায়বসি কাউরোইদবনি। খুম্নাইসিগী সক্তম নোংম নোংমগী মাঙসিল্ল-ক্লিবনি হায়বসিন্না হক পুম্নমক নল্লিব নহারোল ঐখোয়ন মতম খুদিংদ নিংসিংগদবনি। নত্রবদি ফুংগী মীরোল অমত্তদ তিনগ্রগদবনি।

খুম্নাই অসিগী অসোয়ব :—ওসিগী খুম্নাই অসিগী অসোয়ব কয়াম্না লৈত্তব নত্তে। মো অমন নত্রগ লৈমাবী অমন অন্দ্রপেন্ত নত্রগম্না হাপ-পেন্ত লেত্তুনা চেন চোংব, সাজেল তৌব উবদ নোক্লি। পাথং অমন অনুক-হুমিদাংবাই লমজেল চেন্দুনা সাজেল সাম্নব উবদ-"লমজেল য়াওগনবম্না নত্তবদ ফরি কাম্নব তৌরিবনো?" হায়দুনা করেম কথাইনৈ। ইচম চম্না অনুক নত্রগ হুমিদাংবাই অহল নত্রগ মীয়াম্না চল্লব ইমুং-মন্নুং (husband and wife) হংচিক লাংব-কোয়থোকপ উবদম্না নোক-লিনব অমম্নুং চাউখত্তব মংংদ য়েংবন চংনবি ওই।

অসিগুম্ব খুম্নাই অসিগী অপ তু দেং ওইদব, মতমসিগ চানত্রব রাখল্লোন অমদি মিৎল্লেং কম্নাদগীম্না সাজেল তৌদুনা হকচাংবু লেমগৎপগী রাখল মাঙখিনবগী মচাক অমনি। রাখল্লোন অসিন লমজৗংদুনা হৌরক্লিব অঙাংলোন্দগী হৌদুনা সাজেল সাম্নগদবনি হায়বগী রাখল অসি পাক্লুনা লৈনমবনি হায়বম হায়নব থোক্লোই।

স্পোর্টসমেস্তন মাসেল মায়গদব ওইন খল্লব অতৌদি [illegible] চিন্নগ পডলেন লেনগদব ওইন লৌনবগী বাখল অমসিং উসিদি [illegible] করে ।

চাউখৎপ লৈবাকসিংদ ঃ– মালেমসিগী চাউখৎপ লৈবাকসিংদ সাজেল সাম্নবশু ঙোমনগী ঈখো অম ওইন লৌরে। ঈমুং খুদিংমক সাজেল তৌনবগী মকম-খ্‌ৎ লাইনচিংব তোঙায় কাইথোক্লন খরে। ঈকক্রম (খিমিৎপুল) সিংদ উফ চিংকম (বায), তায়কম, থিন্দুন সায়কপচিংব থগী। লোয়সংগী থবক লুকমক্কাওবদ সাজেলগীদমক তোঙানব মকম অক্কম খয়ে।

হৈকোল লৈকোম্ম হমুব হমবী কাওব কোয়ব-হংচিকলাংব চংলি। সমুক্ক মপান্দ চেন-চোংহন সারে। হূমিদাং নাইত ক্লবসিদ মতম লেপ্তো-কই। অমুত্ম নহা অহল থাক্কুন সাজেল সাম্নব, পুক্রিংদ ঈহল অমসি লৈবন ম্রেংবদ চাংচৎ অম ওইন হকচাংক্কন অমসুং য়াম্ন থিঙব অচুমক ওই। বাখল লৌসিং মপুং কায়। অহল ওইরবশু নহা অমত্তম মরু থিঙব অয়াম্বন ওই। মসি মখোয়গী পুন্সিরোল অচুননি।

সাজেলগী মহৈ করি লৈ ঃ– সাজেল সাম্নব কৈ হায়বসি লাম্ন চাং ম্রেংলবসিংতন থঙগদবনি। ইচম চম্ন অমুক হূমিদাংরাই খোঙন লাংতক্ক চৎপ অসিকাওব কান্নব ফংই। অচুবু চৎলুক্রগদি থঙব ঙম্লোই। ছিরম অসিদ থিজিন্দুনে চাংম্রেং তৌরবসিংগী বাকমশু লৈনবদ হুংঙাইগনি। ইউনিভরসিতি ওফ সাউথর্ন কেলিফোরনিয়াদ লৈব এম্রুজ জেরোন্তো-লোজি সেন্তরগী ফিজিওলোজি ওফ এক্সরসাইজ রিসার্চ লেবোরেতরিগী দিরেক্তর ওইরম্ম হার্বর্ত দেভ্রিজগী য়াম্ন ওম থিজিন্নবগী মায়োলসিংদগী কংবগ মথাগী অসি লৌথৎপ য়াই—

মহাক কেলিফোর্নিয়াগী থবক্তগী পোথাম্নব চহি ৫৬ ওগী ৮৭ কাওবগী মমুদ লৈব মুপা মুগী ২০০ বোমদ ফিৎনেস প্রোগ্রাম অমদ

সরুক য়াহল্লি। খুৎ-সা হাই হুমহুন চৎপ, ব্রেৎচিং অমম্মুং কেলিকথেনিঙ্গ কুম্বশী সাজেল খর ভৌহল্লি। চয়োল ৬ খক্কী মতু.দদি ইমগ্রু.পমেন্ত নিংথিন কংব ওগ্রে। বি, পি হম্বুয়ে; কংকী সরুক চাং তারে, ওল্লিজেল লৌসিনবগী সরুক হেনগৎলে অমম্মুং সিংলি অমদি মসলসিংগী নর্ভস তেম্সন লৈবগী খুদম হম্বরক্রে।

কানাদাগী ইউনিভর্সিতি ওফ তোরোনতোগী দাঃ রোই ি ফার্দ, সাজেল অমম্মুং অহল ওইসিল্লবপ হায়ব ত্রিরমসিগী এক্সপার্ত অম ওইরিব অসিন পিব য়ারোলদ চয়োল অমদ অহুল্লক-মরিক্কুগী তাদন নোংমদ মিনিৎ ৩০ খক খোঙন খর কল্লপ চৎপনফাও অহল ওইসিনখিবদগী চহি ১০ দি হায়গৎন হায়বদি চহি ৬০ সুরব অমন চহি ৫০ গী পুন্সি ওইব ঙম্মী হায়ন পি।

অদুঙৈ কংলৈপাক কমদৌরম্মী? :—পিক্রবম্ব কংলৈপাব (হৌজিক মনিপুর) মতম অমদ যেরুবন হায়জনব ওম্মমদব লৈপাক্কি মুপা মুপী থাক্কন হুয়েন লাংলোন হৈরম্মী। থাঙ হায়রম্মী তা-চোংলম্মী খুৎলাই য়াওদন যেকুব লাম্মা তৌবদ মপা হৈরমদে। হেকুব লাম্মী ১০ মীতৈ ১০ হায়বসি য়াহৈ নত্তে, মতমহুদ ঈপা ঈপুসিংহন ধবকু উৎলম্বহুনি

অহল ওইরব থোংলেন লৈবদগী য়েকুব অমত্তন খুত্থম চনব ঙমথিদে মোইরাং কংলৈ। খুমন মচা পুরেম্ব মখুৎতন কৈ ৭ (৪ হিংন ৩ সিন কাপ্লিবনি। চহি য়াম্ম পুন্সিখিব য়েকুব কয়া মায়থিব পিরম্ব কংলৈ ঈগ ঈপুসিংগী পুন্সিরোল মতমহুদ অঙকপনি। ঙসিগী মীরোলনদি ঈসাং সক্তমফাও ঙাকচব ঙমজ্রি। খল্লুবদ হিংবগী মমল করি লৈরিবগে?

মোংমগী মম্বুংদ অয়ুক য়াহৌজিবৈঙদ কমুংদ লৈরিভেদগী হৌন সাক্তে সাম্মরম্মিবনি। চিংথৈ ফিথুপ হুনবদ হৌত্থন চিংখৈরোল চোংলম্মিবনি মহুদগী হেন্দোকুন থাঙ-তা মুক্কা, সম্লিং মরাকী কাংলোন কম্মা।

থৃদিংমক্কী তমহন্না থৈরম্লিবনি। চিনজাক কাংলোনগী পুরৈদম্ হৌজিক্কি মতমগী ফাংলোম হেন্না নত্তে। অসিগুম পুন্সিরোলগী পুরৈ কয়া অসি চংলম্বন মতমহুদা পিক্ক পাম্মবদা চহি ১০০ দগী ডাদন পুন্সিরম্লিবান। য়েক্কবসিংন লাম্বা ত্তৌব গুম্মমত্রিবনি।

ঐথোয়গী পুন্সিরোল থুদাবহুম মীপাল তাংব হৌক্কবদগী ওসিদি লক্কম মাঙসিন্নক্কে। মহুগী মপালন মতৌং লৈব, চুং-ফিরাল চাব পুন্সি সেমগৎপগী মহুত্ত লৈকাং চাম্মব পুন্সি অয়াম্বন ওইরক্লিবসিনি।

## মারোইঁসন,

কংলৈচা ঐথোযন হোংনরবদি মালেমসিগী চাউথংলব লৈপাকসিংগী মরক্ত য়াওব সোয়দন ওমগনি। হোংনবগী ঈথিল লৈজব পিবা-চন্নুমা কংলৈচা কয়ান লমদমসিগী মিংচং হিরম কয়াদ পুরকখ্রবনি। মামবগী তাইবংদ ওসি ভারত মচা অতৈন কংলৈচাসিংবু কিব হৌরক্লবনি। ঈমাংকী কুমৈ কয়াদ মালেমগী লৈবাকসিংন উবদ ওকপ পোক্করবনি।

মরম অহুন অপুনবগী ওইন ঐথোয় নহারোলসিং ময়াম কাব চিন-জাক, ফত্তব লমচং হৈনহুন লৈবগী মহুত্ত সাজেল চাং নাইন সামহুন হকচাংবু, পুন্সিবু অমদি পুক্সিং য়াথলবু য়োকথংলগদব মতম্লি। চহি য়াম্মব অহল ফাওবন চাং নাইন সাজেল থম সাম্মবদ অহল থুন ওইসিনবদগী কমব ওম্লিবনি। নহা অমগুম পাংগলগী চাং মাঙত্রিবনি।

মতম মাঙহল্লন হকচাংবু সেম্মব হৌরসি, সাজেল সামহুন পুন্সিবু থৈহৈ য়ালহন্নসি, তিনজেল লাইচেনব পুন্সি অমুক হন্ন ওইহন্নওমসি। নহারোল ঐথোয় ঈসান ঈসাবু সেমগৎলসি।

"হকচাং মাঙহল্লগ সিব তাইহুন হিংলিব নহা ১মগী মমা সেংন মক্ক থিজন হিংলিব অহল ১ন পুন্সিগী মমল য়াংব হেন্নি" — নিংথেম।

Regd. No. RN [illegible] New Delhi Kangleikhol/Rs. 1.00

To

Subscriber No.

Name ____________________

Occupation ____________________

Address ____________________

____________ P. O. ____________________

If undelivered please return to the Kangleikhol, Sagolband Tera, Imphal—795001, KANGLEIPAK.

# হীদাকমনা সিজিননবিগনু

হীদাকমনাগী মৈখু, খৈনি, জর্দা অমসুং মহীন কেন্সর মথৌ কয়া মীওইবগী হকচাংদা নাহল্লি। তম্মথিব লাবনা ২০ অমদি অতৈ লায়না ১০০ রোমদা হীদাকমনা সিজিন্নবনা পুন্সিবু থাংথক্ত কেমহল্লি। মীয়াম্না ইকাই খুম্নবিয়ু। মৈখু থকচনবসিংদা হু চেন্নব মৈখু কামসিনবিগনু। মীয়াম তিনকমদা মৈখু জিসিননবিগনু।

—সনাই পুন্সিকম